অফোংবা—অইবা



অহানবা খুৎনম—নবেম্বর ১৯৮৬ ইং

মশিং কোপী ১১০০



শক্তম য়েকপা—অঁইবা

মমল লুপা ২০·০০

নম্ফম : জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস, য়াইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল।

# হুঁ শিদকবা

হয়া হে — হয়ুম,
নোংথৌ মপু সিদবরো ;
নদাইরেম রাকৃমদা,
তাইবং মপুগী থৌসিরকপু
থৌরম থৌপাংহনবিয়ো,
তাইবং তরং ঈপাক্তা।
মপুগী থৌবু পাংনবা,
থৌরম থৌথিরকপবু
মী'পোৎনা ইপোৎ শারুবা,
মপুনা শোয়দনা লৌথিনি।
অচেৎপা রাখুল ইপোৎপু,
লৈনা, উনা পায়রুদবনা
ঈপোৎপু মশক খংদবা,
মীবৌ লাংদা থুদ্রনা।
ফুম্বংনবা রাখলদো,
না-হায়-নাসেংথোক্তুনা ;
রাখলগী লংজিন চিংথোক্লো,
অরিবা মরু থুন্দুনা।
লৈপাক পুংজাও থিল্লসি,
পংলগন্নুশি তাইবং পংলগন্নুশি
মপুগী থৌগল পাংথোকশি,
মপুগী কোলোই শৈশকসি।

—ঃঃ—

খংজবদি খজিক্তা.

হায়নিংবনা হেল্লিবা হে তাইবং মীরোয়বা
অথোয়ববু উৎথোক্লিংবা নতৌনা ;
কল্লকপনা করি কান্নবা য়েংথিবনা করি তোংজবা ।
তুংলমচৎকী রারস্থু খগুনা পানগুম্মু,
খল্লু মীগী য়াইফনবা ঙসিগী ওইবা পুন্সিদা
য়াইফবা পুন্সি শাক্কনি ।
তরাগী থৌগল তৌবদি তেংপানবা মপুনা কুবিনি,
ফজববু নংগীরা !
অসেংবনা মীগীরা কনা লৈতে য়েক্লবা,
মশাগী লমচৎনা শেম্বনি ।
শিল্লুবা থৌরাংগী থবক্তা নং-ঐগী অফবা রোইহল্লি,
ফৎতবস্থু —রোইহল্লি ।
ফৎতববু খনম্মুসি অফবতা মথনসি
অচুম্বনা লেংদবা উপালনি ।
অচুম্বদি অমথক্তা মরেপ্পি ॥
অরানবনা অমবু শৌগৎনবা থৌরাংদা
অরানবা রাহৈ লীশিং অমা চংবনি ।

---

# নোঙ-ন্নাহৈ

ইনাৎ—মীতৈ ঐখোয়গী চৎন পথাপ হায়বসি লাইলমচৎতগী, লাইগা মীগা শন্নৌঁদগী, য়েহ্লোৌঁদগী অস্থুম শমথন্নকপনা তাইবং শুরোন্না ন্নাঙম লোমদ্রিফাউবদা অস্থুম লৈহৌরগদবা, লৈহৌ-নোংহৌ, মালেম লৈশেমলোন, অসিবু ঐখোয় মীতৈগী ইনাৎ থাবল লীরোল শকপা অমদি উমঙ লাই হন্নাউবদা শক্লিবা শোল্লিবা অমস্থুং লাইরেল মথেক্লচিংবা লাইগী থৌরমশিংবু কুপ্না নৈনক্লন্নবদি অতৈ অতোপ্পবু ওইরমদ্রে। মীন্নোইবগী হকচাং কায়াৎপু কা-শুনা শাবগী ন্নারম ন্নাখুনবু তাইবং থন্নায় হকচাং শেন্নগী লীন্নৌ ন্নোয়ন্নমলে। অস্থুন্না অরুবা ন্নাখুনসিবু থিদ্ভনা তাইবংগী য়াইফনবগীদমক্তা অরায়বা লোন্দা পুথোক্তুনা ন্নাগী ন্নাহস্থোক পীদ্ভনা তাইবং মীপুমনা খঙহৌনবা; লাইগী লীচৎ থংনা পানববু 'লাইনিং পন্নৈ চেৎপা' হায়নৈয়ে। ঐবু লোয়বা লৈমাবা, ননাইবু লোয়বা লাইনিংথৌ, নোংথৌ মপুন্নেন শিদবন্নো— নদাইন্নেম ন্নাক্-মানা ন্নাখলগী পোমায় হাংদ্ভনা খোর্জে থুৎতা পায়দ্ভনা লাইগী লীখুনবু লিজবা পাংদ্রবা নাউন্না ন্নোইবনা, হায়গবনা হায়হৌদা হায়ন্নোয়দবনা হায়দোকখি; লংজবা কোঙ্গায় য়াওরবস্থু অন্না চৈথেং পীবিগন্নু। য়াইফ নথোজাল পীনবিয়ু নফমলাংদা পুনেমজরি, পংলবা নচানি খনবিয়ু।

কোঙ্গেং লৈকাই, হৈনৌ খোংনেন্নী

কবিন্নাজ :— মুতুম স্থুন্নজোয়

১৯৮৪ ইং

# থাগৎচবা

লাইরিক অসি ফোংনবগীদমক “দি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী” অমসুং পুকচেল চাওরবা মরুপ মপাংশিংনসু শেলগী তেংবাং পীবিরকখি। মসামসিগী থৌজালদগী লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজবনি হায়বদা থোয়না হায়মনবা থোক্লোয়। মরমসিনা পঙ্গরিবা ‘দি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী’ অমসুং নুংশিজরবা মরুপ মপাংশিংগী মফমদা অইবনা পুন্সিসিগী শিংঙম্নরোইদবা লমন তোন্‌শিনজরে, লোয়না লোয়ননা নোল্লুকনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

তেংবাংবিরকপাশিং :—

১। থোঙাম গোর্বধন
২। কারাম মোমোন চনু
৩। লাইশ্রম ইন্দ্রমনি
৪। নোংথোম্বম তোম্বা মৈতৈ
৫। ওরম, খুচুংপু কবুই
৬। গীনবোলুং কবুই (মষ্টর)
৭। কে, মুকুচুংপু কবুই
৮। কে, মৈতুনা কবুই
৯। ফুরাইলাৎপম জ্ঞানেন্দ্রো শর্মা
১০। কোঞ্জেংবম সুরজ কুমার
১১। লাঙ্গোনজম গুনিন্দ্রো পীবা
১২। তোকপম থরানলেম্বা মীতৈ
১৩। ক্ষেত্রিমযুম মৃনাল
১৪। মাইস্নামচা বীদুর মীতৈ
১৫। লাঙ্গোনজম রাজবী দেবী

# লাইব্রিক'সিগী মরমদা

কবিরাজ মুতুম স্বরজোয়, আয়ুর্বেদিক ভীশক শাস্ত্রী (ডিগ্রী কোর্স), ব্লেষ্ট বেঙ্গলগী "হকচাং কায়াংলোন" হায়বা লাইরিক অসি মীপুম খুদিংমক্না খঙজ্রবা য়াদ্রবা অমনি। লাইরিক অসিগী মন্নুংদা ঐখোয় মীয়োইবগী হকচাংগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিং রাকোনপুং (কোক্), খোঙ-খুং অমস্নুং অতৈ কায়াংশিংগী মথৌ য়াম্না শেংনা মচা খায়না উংলি। অসিদস্নু নত্তনা মপুং ফাবা মীয়োয় অমা শেম্বদা পলেম ইমাগী পীবুকৃন্নুংদা ঈলিক্তগী থা তরা শুত্নুনা তাইবং ফাউদ্রিক্কাউবা মতৌ করম্না লৈবগে হায়বগী মরমদা য়াম্না শুগাইনা তাকপীরি। অসিগুম্লবা মমল য়াম্লবা লাইরিক অসিবু অরিবা পুয়াশিংদগী থিগংপিত্নুনা চম্না ফজরবা মমল নাইর্দ্রবা মণিগুম লৈবাক মাঙদা পুথোরক্তুনা খঙহল্লিবসি কাংলূপসিগী ওম্ফোক্না লাইবক ফবনি হায়নিংঙি। মতৌ অস্নুম্না লৈবাক্কী সেবা তৌজবা ওম্বা অমদি মীতৈ ইরোলগী (সাহিত্যগী) পুক্কৈগী মশিং হেনগংহনবা ওম্বসি অইবসিদা তাইবং মপুনা থৌজাল পীনবিবা য়োইসন্নু।

কে, মোমোন
লেকচরর, লমকা কলেজ
চূড়াচান্দপুর

ক্যামগৈ
তাং ২৫। ২। ১৯৮৫ ইং

'হকচাং কায়াৎলোন' কৌবা লাইরিক অসি মাইবশিংগী ওইবা য়াম্না কান্নরবা লাইরিকনি। হকচাংগী মন্নুংদা খংদবা য়াত্রবা মকমসিং অমদি য়িরম-খোংলমশিংনা অমগা অমগা শমজিন্নহুনা হকচাং অমবু ওইরক্লিবগী মওংশিং অত্তবু অরিবা লোন্দা ইহুনা থম্বীরম্বা লাইরিক কয়ামরুমদগী লৌখৎতুনা হৌজিক্কী মতমগী খংনরবা হকচাংগী কায়াৎশিংগা চাশিন্নহুনা ইথোক্লিবা অসিনা হকচাংগী মরী-মতাং স্নুবগী মরমদা য়াম্না মপুং ফাবা অমা ওইরগনি। হকচাং কায়াৎ অমমম্না তৌরিবা মথৌশিং অমদি য়িরম-খোংলমশিংনা তৌরিবা মথৌশিংবু লাইরিক অসিনা য়াম্না নিংথিজনা খণ্ডবা ওমইল্লি। অসিগুম্বা অরিবা মতমগী লাইয়েংবগী মওংগা হৌজিক্কী মতমগী লাইয়েংবগী মওংগা, অনিমকপু চাসিন্নহুনা হকচাংবু লাইয়েংবগী থৌরমদা মপুং ফাহনবিনবা হোৎনবিরীবা কবিরাজ স্নুরজোয়বু হন্না হন্না থাগৎচরি।

শৌগাইজম লৈরক,
ইম্ফাল

খুমন্থেমচা ফোনিন্দ্র
তাং ২৭।৪।৮৭ ইং

# হকচাং-কায়াৎলোন

মীয়োইবগী হকচাংগী মন্নুংসিদগী কোক হায়বসিনা মরু য়োইবনি। কোক তুম্বাগী মন্নুংদা থোপ ( য়াকোনপুং ) হায়না কৌবা পোৎশক অমা লৈ, মসিদগী মথং মথং শমথরক্লুনা হকচাংগী কায়াৎশিংবু উৎলি। কোক্কী মথক, মতোন্দা লয়াইলেনফু লৈ, মসিগী মথাদা লাইপক ( fore head ) লৈ। মসিগী মথাদা শীশুম ( Eye Brows ) লৈ। মসিগী মথাদা য়েৎ-য়োয় অনিদ মীৎ ( Eyes ) লৈ। মসিনা ঐখোয় পুন্নমক্না য়েংবা-উবা ঙমহল্লিবনি। মীৎ অনিগী ময়াইদা (মরক্তা) খরা চথরপনা নাতোনগী মখূল অনি ( Two nostril) লৈ, মসিনা করিগুম্বা পোৎশিংগী মনমশিংবু খঙহল্লি। নাতোনগী মথাদা চীল (Mouth ) লৈ, চীলগী য়েৎ য়োয় অনিদা চাইরুং অমসুং চুবা ( Cheeks ) লৈ। চীলগী মথক মখা অনিমক্তা চীনবান ( Lips ) লৈ। মথক থংবনা য়াথক্কী চীনবান (Upper Lip ) কৌই, অমসুং মখাগীনা য়াখাগী চীনবান ( Lower Lip ) হায়না কৌই। হায়রিবা মখোয় অনিমক লীরুং শানা কোল্লি, মথক্কী শরুক অসিনা য়াথক্কী য়ারি (Upper Jaw ) কৌই অমসুং মখাগী শরুক অসিনা য়াখাগী য়ারি-চুবা অমদি খদাং ( Lower Jaw ) হায়না কৌই। হায়রিবা অনিসি চাউবা অমসুং কোনবা মায়ে। অসিগুম্বা লীরুং শাব য়ারী অসিদা য়া ( Teeth ) পরেং হৌই। মসিনা ঐখোয় পুন্নমক্না পোৎ-চৈ পুন্নমক শায়রগা চায়। মসিগী মপান থংবা শরুক্তা উন্সাগী মথক্তা কোই হৌই, মথক থংবা শরুক্তা চীনবান মথক কৌই, মখা থংবা শরুক্তা চীনবান মখা অমদি খদাং হায়না কৌই

## হকচাং-পোলাং



১। লরাই লেলফু।

২। লাইবক। ৩। লুখম।

৪। গুক্কী ল্বজাউসরূ।

৫। মীং। ৬। নাতোন।

৭। চীনবান মথক্কী সরূ।

৮। খদাং সরূ।

৯। গুকশম।

১০। লেং, গুমগী সরূ।

১১। লেংকোং সরূ।

১২। লেংজুম (লেংগুম)

১৩। পাম্বোম সরূ।

১৪। পাম্বোম।

১৫। খুদাং, তাংশম (খুনিং)

১৬। খুদাং।

১৭। খুদাং সরূ মাং থংবা।

১৮। খুদাং সরূ তুং থংবা।

১৯। খুজেং। ২০। খুবাক।

২১। খুংতোন।

২২। হুমদাং সরূ।

২৩। ম্লাং সরূ।

২৪। নিংগোং সরূ

২৫। ফৈরূ।

২৬। কোংলো সরূ (নিংগোং সরূ মতোন)।

২৭। ফৈগন সরূ।

২৮। ফৈগন।

২৯। খুউ।

৩০। খুবোম।

৩১। খুরাই সরূ

৩২। খুবোম সরূ।

৩৩। খুমিং।

৩৪। খুজেঙ।

৩৫। খোঙপাক খোঙনম।

( Moustaches ) য়ানুংগী খোবোমদা য়েংউ। খোবোম মংনুদা লৈরিবা য়াখোঙ হায়বসিদগী য়াগী হোরকফম য়াখোঙ ( Gums ) লৈ। য়াসিগী মনুং তুং থংবদা ঙৌপাক ( Palate ) অমস্তুং ঙৌগী তুংথংবা শরুক্তা খৌনাউ লৈ। মসিগী মথক্তগী তেংখল ( Uvula ) কোবা অমনা খরা শাংথবা অমস্থু লৈ। য়াগী অরোইবদা লৈয় (Tongue ) লৈ। লৈয়খোংগী নাকল অনিমক্তা খৌনাউগী কাংখিল্ অমস্তুং লৈয়েং (Salivary glands) লৈ, অমস্তুং খৌনাউ তেংখলনা, খৌনাউগী অকোয়বা মখুল অতুগী ময়াই-মক্তদা মথকলোমদগী মখারোমদা শাংথনা লৈ। মতুবু তেংখলগী অকোয়বা অমস্তুং ঙৌ, ( Fauces ) হায়নস্থু কৌই। লৈয়গী মখোঙদা নিংশা হোনফম ( Larynx ) খৌনাউ লৈ। অমস্তুং মসিগা হেক থংনবদা চরম উতোং ( Alimentary canal ) লৈ। মীৎকী নাকল অনিমক্তা নাকোঙ্ ( Ears ) লৈ। নাকোঙ অমস্তুং খোপকী মরক ময়াইদা নারুম ( Temple ) অমস্তুং তুংলোমগী 'না' অনিগী মরক্তা কোক্কী সরুক ল্খম লৈ, মতুগী মখা হায়থরগা লুতুং ঙকশম ( Nap of the neck ) হায়না কৌই।

## কোক তুম্বা ( Head and Body )

কোক্কী তুংলোমথংবা ময়াই মপাদা ঙকশম ( Neck ) লৈ। ঙকশমগী ময়াইদা সরু ল্জাউ ( Hyoid bond ) লৈ। ঙকশমগী তুং থংবদা লৈরিবা ল্শমগী ল্জাউ ( Back of neck ) অসিবু ল্শমগী ল্জাউ হায়না কৌই। হায়রিবা মফমসিদা লৈরিবা তুংগী ল্জাউ অসিদগী মতাং মতাং শমথত্তুনা কোক্তগী নিংগোঙ্ ( কোংলৌ ) ফাউবা পরেং লৈ।

কোক্তগী লাক্লিবা ঙকশম অসিনা হকচাংগী ময়াইমক্তদা নংগল-লোমদা পরেং শানা লৈ। থবাক্কী শরুক রোইরিবা হুমদাং সরূ অসিনা তুংগী ল্জাউদা শৌজিল্লগা, থবাক্কী নিংদোন সরূগা ( Thorax )

শমজিন্নৈ। মসিগী য়েং-ল্লোয় অনিদা অশাংবা খুং-পাম্বোম অনি লৈ। হায়রিবা পাম্বোমগী সরু অসিদা লিক, চগোৎ হায়না কৌব সরু ( collar bone ) লৈ। মসিগী মখা চথরগা খা ( Mammary ) লৈ। খাগী ময়াইদা মচীন নত্রগা খোমজিন ( Nipple ) লৈ। থবাক্কী ময়াইদা লৈরিবা সরু মতোল অসিবু নিংদোল ( sternum ) সরু হায়না কৌই। অসিগুম্বা সরু অসিবু সদোন সরু ( Ribs ) হায়না কৌই। মসিগী মখা হায়থরকপদা পুক্কী সরুক লৈ। পুক্কী ময়াইদা অথাবা উল্লানা কুপ্পা মতোং লৈ; মসিবু ঐখোয়না পুক ( Diaphnagn ) হায়নস্থু খংনৈ। নাকল অনিমক্তা চংলিবা পুক্কী মরি অসিবুনা পুক্লি ( Epigastrium ) হায়না কৌই। অসিগুম্বা পুক্কী ময়াইদা খোয় ( Navel ) কৌবা পায়বদা মতুম তাবা অপিকপা অমা লৈ। খোঙ্গদৌগী মখক খজিক্তং চংখংলগা ঈশিং কোন ( Kidneys ) অনিনা য়েং-ল্লোয়দা লৈ। মসিগী মখাদা চথরগা ঈশিং য়াফম (তেক্লোং) (Urinary bladder) হায়না কৌবা অমা লৈ। অসিগুম্বা ঈশিং কোমগী মখাদা থরা চথরগা নুপাশিংগী সিন্নুংগী কায়াৎ, অথিফম "তি" লৈ, মসিগী মখোংদা উল্লানা য়োমশিনবা মতুম অনি লৈ, অসিবু টুলুম ( খোঙচাপী ) মীহীংসং Testicles ) হায়না কৌই। নুপীশিংগীস্থু নুপাগী তি পানফমদা ঈশিং থোং লৈ, মসিবু "থু" ( সিন্নুংগী কায়াৎ )* (Vulva) হায়না খংনৈ। মসিগী নংগনলোম থংবা থবাক্কী মনাক্তা চাকখাউ, পৈই, ফিরাক, মশিংখা, থমোই ( চোং )*, থবোম্বী. অসিনচিংবা মরুল্লোয়বা মীল্লোয়বগী হক্কী কায়াৎ কয়ামরুম লৈ। হৌজিক তুংথংবগী নাকলদা অমুক য়েংসি। অসিগুম্নবা তুং থংবগী নাকলদা খ্বাং ( Back ) হায়না কৌবা মফম লৈ। মসিগী মথক্তা নংগল লৈ। নংগলগী ময়াইদা খ্বাংলেন সরুনা চৈশু অকোনবগুম্না মক্রক-মক্রক মানবা অশাংবা সরু (Spinal colum)

---

শিংথাপুংদা ঃ থমোইবু *"চোং" হায়না কৌই। অথিফম্বুনা *সিন্নুং কৌই।

লৈ। হায়রিবা সরু অসিগী থরা হাংনা উবা মকমসিবু খ্বাং হায়না কৌই। মসিগী মখা হায়থরক্লগা মায়কৈ অনিমক্তা থন-থন লাউবা অনিনা তনোয়-তনোয়না লৈরিবসিবু থুল (Fold of nales) কৌই। থুলগী মতোনবুনা নিংজোন হায়না কৌই। থুল অনিগী কারক্তা লৈব-বুনা অমাংথোঙ্ (হোইরোং) (Anus) কৌই॥

থবাক্কী নাকল অনিমক্তা ঙকশমগী মখাদা খুৎ অনি লৈ, হায়রিবা খুৎ অসি পাম্বোমদগী শমথরকপনি। মসি য়েৎ-ব্রোই অনিমক্তা চপ মান্ননা লৈ, মসিনা ঙকশমদগী হায়থরক্লগা লেংবান কৌই। মসিগী মতায়থংবা শরুক্তা লেংজুম (Shoulder) কৌই। মসিদগী সমথখিহুনা পাম্বোমগী মরক্তা লৈববু তাংশম (Axilla) কৌই। পাম্বোমগীময়াইদা হায়বদি লেংজুমদগীনা খুনিং ফাউবগী মরক্তা লৈবা সরুনা পাম্বোম (Forearm) কৌই। পাম্বোমগী মথক থংবা শরুকপু পাম্বোম মরু নব্রগা লেংজুম (Elbow) কৌই। মসিগী মথংদা লৈববু খুদাং (Wrist) কৌই। খুদাংগী মতোন্দা খুবাক অমসুং খুৎসাশিং (Hand) লৈ। খুৎকী মাং থংববু খুবাক (palm) কৌই। অমসুং তুংলোম থংববুনা খুনম (Dorsum of hand) কৌই। মসিগী মতোন্দা খুৎচা মঙা (Fingers) লৈ। মখোয়শিং অসিদগী খ্বায়দগী চাউবা খুৎচানা খুবী (Thumb), মসিগা থংনবা থরা সাংবনা খুদোম্বী (Index finger), খুদোম্বীগা থংনবা অশাংবা অসিনা খুৎয়াই (Middle finger), খুৎয়াইগা থংনবা থজিক্কং পিকথবা খুৎচানা খুংনিংথৌ (Ring finger) অমসুং খ্বাইদগী পিকপা খুৎচানা খুৎনাউবী (Little finger) কৌই। অমনা খুবীগীনা তাং অনিনি, অমসুং অতোপ্পা খুৎচাশিংনা তাং অহুম-অহুম পাল্লি। মখোয়সিং অসিবু খোংচাশিং অমসুং খুৎচাশিংগী তাং (Phalanx) কৌই। অহুগা খুৎচাশিংহুগী মতোন্দা অঙৌবা খুজিল (Nail) লৈ।

শক্লম ১-বা



হৌজিক শক্তম অসিদা য়েংসি। হকচাংগী ময়াইথংবা শরুক্কী তো-ঙানবা শরুক লৈ, থবাক্কী মথক থংবা শরুক্তা থম্বোম্বী (Lungs) লৈ, মসিগী মপাগী মনুং চন্না থমোই (চাং (Heart) লৈ, মায়-কৈ অনিমক্তা থবোম্বীনা লৈ। য়েং থংবগী থবোম্বী মপাদা ফীরাক লৈ। ৱোইথংবগী থবোম্বী মপাদনা পৈই লৈ।

হকচাংগী মখাদ চত্থরগা অশাংবা খোঙ অনি লৈ, মখোয় অনিত্থগী মথক্কী মাং থংবনা ফৈগন (Thigh) কৌই। নাকলগী কোংলৌ অমসুং পীরাই (Groin) গী ময়াইদা "সিন্নুংগী হং" হায়বদি অথীফমগী হং লৈ। মসিগী মনাক্তা লৈরিবা অকোনবা (কোনশিনববু) নীংগোং Hip) হায়না কৌই। কোংলোগী মখাদা শাংথনা খোঙ (Foot) লৈ। খোঙগী মফমদা লেংথোক-লেঙশিন য়াবা সরু মতেকশিং লৈ। অসিগুম্বা সরু মতেকশিংনা পরেং লৈববু খুজেং (Ankle) কৌই অমসুং খুজেংগী খরা মখা চত্থরগা খোংনিং (Heel) লৈ খোঙপাক্কী অকনবা সাতোং অমসুং উন্সাবু "খুয়া" (Sole) কৌই। মসিগী মতোন্দা খোঙগী খোঙচাশিং লৈ।

অসিগুম্বা অকনবা অমসুং অথোংপা শরুক ময়াম অসিনা পুন্সি-ল্লগা মীৱোয়বগী হকচাং অসি সেমলিবনি (ৱোইরকলিবনি) মখোয়শিং অসিদগী অমুক্সু সরুশিংনা হকচাংগী অকনবা থবক তৌনবা, অরেংবা

অমস্থং লেংদবা কায়াং ময়াম লৈ। মহুদি ঈ, সাতোং, মহাউ, মরেক, অমস্থং হকচাংগী মন্নুংদা থবক তৌরিবা কায়াংশিং ( Part ) অসিনচিংব-সিনা অথোংপনি। হায়রিবা অসিগুম্বা অথোংপা পোংশিং অসিনা হকচাংগী সরূসিংগী মন্নুং অমস্থং মপান্দা লৈ॥

কোক, থমোই ( চোং ), চাকথাউ, ফীরাক, পৈই, অসিনচিংবা অথোংপা পোংশিং অসিনা সরূগী মতেং পাংহুনা লেংথোক-লেংশিন ওমহল্লি। অসিগুম্বা অকনবা সরূ অসিবু মতোং অমস্থং মকলনা য়োম-শিন্দুনা থমই। হায়রিবা মকল অমস্থং মতোং অসিবুস্থ উস্সা মরোল অনিনা য়োমশিন্দুনা অমুক থমই॥

কোক, অমদি হকচাং পোলং অমস্থং খোঙ-খুৎশিং অসিনা মাগী মরোং মতুংইন্না মফম চানা লৈহুনা মীরোইববু মপুং ফাবা শক্তম অমা উৎলি। অসিগুম্বা মফমশিংদা লৈরিবা সরূশিংনা মাগী-মাগী মফমদা মফম চানা চুশিন্নহুনা লৈমিন্নে; তৌইগুম্বস্থং মখোয়শিং অহু নাম্বোক্নহন্দে। হায়রিবা মখোয়শিং অহুনা মথৌ পাংথোক্নবা তৌই, অহুবু অহুমরোইহুনস্থ মখোয় অসি শিংলী মখল কয়ামুক্না ( Liganls ) য়েংশিন্দুনা পুন্সিন-বগুম্না লৈ। মতৌ অস্থুম্না য়োমশিন্দুনা লৈবা মরম্না ঐখোয়না হকচাং অসি লৈথোক-লৈশিন অমদি চৎপা ওমলিবনি। হায়রিবা শক্তম অসি উস্সা অমদি তোংসানা কুপশিন্দুনা লৈবা মরম্না উবদি ফংদে॥

**ঈ** :— ঈঃবু পুহুনা চৎলিবা ( ঈঃ চেনফম শিংলীশিংনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শীন্না থুংনা শন্দোক্নুনা লৈ ) সরূশিংনা লৈথোক লৈশিন ( কোনশিন-তিংথোক ) য়াবা সরূশিং, মহাউ, তোংসা, নব্রগা সাতোংশিং, মরেক, উস্সা, কাংখিনশিং, ঈঃ, শম, খুজিন, মীৎ, অসিনচিংবা অসিনা পুন্সিল্লগা মীরোয়বগী হকচাং রোয়রিবনি। মরমসিনা অহানবদা মখোয়শিং অসিবু শন্দোক্না খংদোক্কদবনি॥

**ঈ** :— ( **Blood** )। ঈঃ হায়বসি মখল অমগী অপাবা, অথোংপা, মহীলাংবা, পোৎশক অমনি। মসিগী পোৎ অসি ঈশিংদগী

থরা কুংশিনবা পোংশক অমনি। মসিগী মচুদি ঙাংনা লংই ( Bright scartet )। অসেংবা ঈঃ শেন্নগদবা অহুদি ঈশিংগী মত্তৌগুম্বা ত্তৌই নত্রগা করিগুম্বা য়াম্না অঙাংবা মচুগী মহী ব্রোয়বসিংদা ঈরোইহুনা ( তাউহুনা ) লৈ। মরম অসিনা মখোয়সে ঐখোয়না উবা মত্তমদা ঙাংনা উরিবসি, ঈঃ গী কাংলুপ অসি অঙাংবা কাংলুপ্না হকচাংদা লৈববু থংনৈ। অঙৌবা কাংলুপসু লৈ; অহুবু অঙাংবা কাংলুপ্না মশিং থোই-দোক হোন্দোক্না লৈ। হায়রিবা ঈ,গী কাংলুপ অসিবু থরাই পানবা ( য়াইবী )* অহীংবা ( Corpuscles ) হায়না কৌই ॥

মসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙমলে, নহুদি ঈঃ হায়বসি মখল অহুম থোক্না লৈ। মহুদি ১।=মচু য়াউত্রিবা য়াম্না পাবগী পোং হায়বদি য়াম্না লংবা মচু (ঈনাং) মহী লাংবা ( Linquor Savguineous ) মখল অমা ২। অঙাংবা লেংথোক লেংশিন ঙম্বা "ঈলিক" ( Red-Corpuscles ) হায়বা মখল অমা। ৩। অঙৌবা মশাগী মচু য়াউদবা লেংথোক লেংশিন ঙম্বা থরাই পানবা 'অংক'* ( ফমপী ) ( White corpuscles ) অসিনি। ঈঃ হায়বসিদা মখল কয়ামুক্কী পোং ফংই, মখোইহুদি খোংদগী ফংবা পোংথোক হায়বদি— য়োং, সনা, লুপা, শুমু, অসিনচিংবা মখল কয়ামুক য়াউই। ঈঃ হায়বসিনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা চংতুনা উরু-উরু লৈহুনা লৈরিবনি।

ঈঃ গী মনম ( Odour )।—মীরোয়বগী ঈঃগী মনমসি য়াম্না হকচিন্না নমই। মনিল থুনা-থুনা রোম্থোকহন্নবা মহাউ, অশিনবা ( Volatile fatty acid ) গী চাং য়াম্না হেন্না থোকহন্দুনা লৈ।

---

* য়াইপী হায়বগী— ব্রাহম্থোকতি ঃ— য়াই, হায়বদি অব্রাংপা লৈতবা ॥ পী, হায়বদি অতং-অখম লৈতনা পিশিনববুনি ॥
* "অংক" হায়বদি তাইবংবু শেমগদৌরিবা মুমিংকী মৈশাদা হীংলিবা থব্রাইবুনি ॥ শিংত্তপুংদা ঃ – য়াইবীবু; য়াইপী হায়না খংহল্লি ॥

**মহাউ : ( Taste )** ঐখোয়গী হকচাংদা মহাউ খংনবা কায়াং লৈ ॥

**চাংচৎ :** হকচাংগী চাংচৎ :— ঐখোয়গী হকচাংগী শরুকশিংশি তোঙান তোঙান্না খাইদোক্লবদি ঈংগী শরুকসি চাং য়াম্না হম্বনা লৈ, মতুদি হকচাংগী অরুম্বা শরুক্‌সিগী $\frac{1}{১২}$, তরানিথোই থোকপগী শরুক অমনা ঈংগী শরুক্নি ॥

**থমোয়-চোং ( Heart ) :—** অসিনা $\frac{1}{৪}$ মরি থোকপগী অমা, থবোম্বীগী নক্লবা অচৌবা শিংলী অমম্নং মচাশিংদা ফীরাক্লচিংবদা $\frac{1}{৪}$, মরি থোকপগী অমা, সরু অমম্নং তোংশাশিং অমদি মসিদগী লেমহৌরিবা শরুক্না মরিথোকপগী অমা অম্মুন্না য়েম্থোকখ্রগা লেমহৌরিবা অসিনা ঈংগী ঈচেল ফহন্নবনি। মরমসিনা মথক্তা হায়রিবা $\frac{1}{৪}$, মরিথোকপগী লেমহৌরিবা অসি লৌথোকখ্রবম্ন ঐখোয় মীরোয়বগী থরায়সি হীংবা ঙমই ।

**অহীংবা ঈ :—** হায়বসিদ "রাব-চেংঙাচানা" লৈবা মরম্না হায়বদি ( মৈ, ঈশিং, নোংশিং, ) অহুমসি লৈবনা; হকচাংগী ঈনিলবু লৈবা খংলিবনি। মহাক্কী মৈশাসি ( Temperature ) ইংলিস লোন্দা ডিগ্রী ১০০, নি হায়না ইরি :— অতুবু মসিদি অইং-অসাগী মতুং ইন্দুনা লৈ। হায়বদি অইংবা মফমদনা হম্বনা অমম্নং অশাবা মফমদনা রাংখংনা লৈ ॥

## ঈঃ চেনবা শিংলীশিং ( Blood Vessels )

**থমোয়, ঈ :** লৈফম "চোংদগী" মথল কয়ামুক্কী খোং-শিংলীশিং শন্দোকই। মখোয়শিং অসিনা মরম রোয়হুনা ঈঃ খোং অসিদগী থোকখিবনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা ঈংগী ঈচেল থুংনা চেলহনবা ঙমই। মতৌ অম্মুন্না হায়রিবা 'ঈঃ পুং' রোইবা শিংলীবু খোং Blood Vessels ) হায়না কৌই। ঈঃ চেল্লিবা শিংলীশিংবু থমোয়দগী লাকপা, শিংলী অমদি অচৌবা শিংলীগী কাংলুপ অমা; শিংলী মচা অমম্নং শিংলী

অকুপ্পা অমুম্না থাইদোকই। অসিগুম্বা থোংশিং অসিদা ঈঃ লৈ; শিংলী মচাগী ( Artery ) কাংলুপ অসিদা মালংখোংগী মুংশিংনা পুরকপা খোম্বোক অসিনা তীল খুলগুম্বা 'tere' মাকোংগী মখুনদা চংশিন্‌হন্দুনা হায়বদি ( Air containing ) মুংশিংকী খোম্বোকপু চংহল্লকইবা শিংলীগুম্বা মচা।( Artery ) অসিবু 'না' তানবা শিংলী হায়না কৌই। অসিগুম্বা মখুলশিং অসিদা মেনমানবা নত্রগা হীগোক অরাউবা মচুগী ঈঃ লৈ, মতুংবু নাকোং পুবা শিংলী ( vein ) অচৌবা অমসুং শমগী মতৌগুম্না য়াম্না কুপ্প-কুপ্পবা শিংলী মচা-মচা কয়ামরুমগা হকচাংগী মপুংদা চংলিবা শিংলী অচৌবা পুক্লি ( শিংলী পাকপ অচৌবা ) অসিগুম্বু মরি লৈনৈ ( শন্নৈ মসিবু মালং খোংগী শিংলী ( capillary ) হায়না কৌই॥

মুংশিং পুবা শিংলী "মালংখোং" অসিনা ( Nerve ) না কোক লরাই লেনফুগী মহাউ অমদি হকচাংগী অতোপ্পা মফমশিংদা লৈরিবা মহাউগী শরুকশিংদা মরাগুম্না শনদোক্না লৈ। মুংশিং পুম্নমক মালংখোংনা ( Nerve ) মপান্দা পুথোক্লক্কুনা মফম পুম্নমক্তা শন্দোক্কুনা লৈ। হায়রিবা মুংশিং পুবা মালংখোং হায়বা শিংলী অসিনা হকচাংগী মফমশিংদা থুংনা য়োমশিন্দুনা মপানগী মুংশিংকা মরি লৈনহল্লি। মসিদগী ঐখোয়না খংজিনগদবনি; মতুংদি মসিবু ঈঃ অমদি মুংশিং সেংদোকপদা মতেং য়াম্না পাংনবা মথল অমনি।

মসিগী মুংশিং পুরিবা শিংলী অসি য়েংবদা লংগী মতৌগুম্না শিকই অমসুং ভৌই; মতুংগী মপুংদা থাউ মথল অমনা থল্লা হানজিন্দুনা ( Refill ) লৈ। অসিগুম্বা মুংশিং পুবা শিংলী অসিনা মানী মখোয় য়াম্না তৌই; মতুংদি হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা চংলিবা মুংশিংকী শিংলী অসিনা সেংদবা অইংবা মুংশিংসিংবু সেংদোক্কুনা হকচাংগী মতুংদা পুশিল্লী। হায়রিবা মুংশিংসি অকুপ্পা পোৎ য়েংনবা থুংনাইশিনলে, রেকনা উবা

গুম্বগা পোংশকনি। মুংশিংকী ইচেল, অসিগুম্ববা অপাবা মুংশিং অসি চাউরাক্র লম-শমদা হায়রবদি মসিগী মচী রোয়বা শরুকসি থুংগী মরু অমনা লৌশিং মরিরোম থোক্লা য়েনথোকপগী শরুক অমরোম রোয়বা য়াই। মসিনা কোক অমসুং মুংশিং পুবা শিংলী অনিমক্তা অমত্তা রোয়না মরি লৈনহল্লি॥

সরূঃ— মীরোয়বগী হকচাং— মনুংশিদগী সরু হায়বসিসু খ্বায়দগী মরুরোয়বা পোংশক অমনি। সরু হায়বসি অচৎপা থরাই পানবশিংগী, অকনবা কায়াং অমনি ( Animal organic ) অমসুং মসি য়াম্না কুপ্পা ( Micoral ), মরু রোয়বা পোংশকশিংনা তিন্দুনা শারিবনি। অসিগুম্বা শরুক অমা রোয়রকপসি হন্না-হন্না শেংদোক্লুনা অনাংবা ঈনাং অমসুং শুমুগুম্বগী শরুক ( Phosphates of calcium ) অসি-নচিংবসিনা মরু রোয়না সেমই অসিগুম্বা মচী রোয়বা শরুকশিংদগী অক্ষবা অথোইবা পোংশিং অত্তুনা সেম্লকইবনি। অত্তুগা মসিদা অশিনবগী শরুক্লা চাং হেন্না পীশিনবা তারবদি সরু শেমগদৌরিবা পোংশিং অসি অতোপ্পা মখল অমা রোম্থোকখি— অত্তুগা সরূশিংসু য়াম্না থোংহল্লি। হায়রিবা সরূশিং অসিবু পুনশিন্নবা অমদি নপননবা লংগুম্বা মছিং য়াম্না লৈ। হায়রিবা অসিগুম্বা সরু সেম্নবা মচাক মসি অঙাং রোইরিঙৈদগী হৌনা মীরোয়বগী কায়াং গুনা অসুম লোয়নরকই। মথোং কান্নকপ-শিংগী সরূদা থাউ মখল অমা থোক্লকপসি মতমসিদা শরুক অনি হেন্না লাকই মরমসিনা মখোয়গী শরূসি মতিং লৈনা কল্লি। অত্তুবু মখোয়গী সরূসি করিগুম্বা হকচাংগী অরুম্বা শরুক্তগী হেন্না লুমথনা মুক-উরবদি তেকই॥

মীরোয়বনা হীংলিঙৈদা; সরূগী মচুসি লোয়াম্বা মচুদা ঙৌথাংনবা অসুম্না লৈ। সরু অসি খাকই অমসুং মেংনা লৈ। অসিগুম্বা অকনবগী শরুক্লা হকচাংবু ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবা অসিনা মথৌ পাংথোক-

তত্থনা লৈরবদি তরুম-তরুমই সরূ হায়বসিস্থ হকচাংগী কায়াং মন্নুংদগী সরুনা লূম্বা হেল্লি। মসিগী মতিক-ময়াই য়াম্না লৈ। মরমসিনা মহাক্কী মতেং পাংশিল্লরুবা কায়াংশিং য়াম্না লৈবা মরম্না মহাকসি হেক তেকহনবস্থ ঙমদে। মসিবু "চুকসেন্নুবী*" কৌবা মঙান্না মীরোয়বগী কায়াংশিংবু ঙাক শেন্নবগীদমকতা য়াম্না মরুম থুপ্পা লৈ। মরমসিনা মতৌ অস্থুম্না মীরোয়বগী কায়াংশিংবু মাগী-মাগী মথৌ তৌনবগীদমক্তা মক্ষম চানা লৈহল্লি। অত্থগা মখোয়সিবু ঙাক সেন্নবগীদমক্তা থোইদোক হেন্দোক্না মরুরোয়বা কায়াংশিংনা মতেং পাংনত্থনা লৈ। ব্রাকোনপুং* অমদি কোক হায়বসিদা মতৌ করম্না ব্রাখল ফাউননা লৈরিবনো? "ব্রাকোনপুং"* কোক্কী সরূ অমসুং মত্থগী মথকতস্থ শম, হোৌই। মখোয়ত্থ য়াম্না লৈতেংস্থ রোয়। অত্থগা অইং অশাস্থ ঙাক-সেল্লি; কোকপু লূনা থম্বগী মরমসি ব্রাখল হায়বসি, পুম্নমক্তগী য়াম্না মরু রোয়বা পোং অমনি। অত্থক্কী মতীক খনথবা, মরোং খুদিংমক্তা হায়বদি চৎপা, লেংথোক-লেংশিনগী-দমক, হকচাং অসিনা অমুক য়াম্না মরু রোইহল্লি। মসিগী মতীক উৎলিবদি সরূনি; অস্থুম্না ব্রাখলবু ব্রাকোন পুংদগী* য়াথং লৌরগা পুম্নমক রোইহল্লিবনি।

---

* শিংতপুংদা অস্থুম্না হায়রি—মত্থদি থোপকী মনাক্তা লৈবা পুং, ব্রাখল থোকফম্ব, ব্রাকোনপুং কৌই।
* "চুকসেন্নুবী" সরূগী পাঙ্গল পীনবা মঙাল (মকল)॥



সরুগী শক্তম

১। কোকতোন, ( লরাই ) ( Skull )
২। নিংগোন সরু ( Sternum )
৩। লেংজুম সরু ( Clavical )
৪। পাম্বাম সরু ( Humerus )
৫। খুদাং সরু মথক-মখা ( Redius ulne )
৬। ম্নাংলেন সরু ( Vertebral column )
৭। নিংগোং সরু ( Hip bone )
৮। কোংলৌ সরু ( Saerum )
৯। ফৈগন সরু ( Femur )
১০। খুরাই সরু ( Tibia )
১১। খুবোম সরু ( Fibula ) ॥

মতৌ অম্মুম্না সরুশিংগী মরোংসি শক্তম মান্নদনা লৈ; মহুদি ইনাল-লালবা, অশাংবা, অকোনবা, মহক-মহকপা ( Hollow and Long bones ) অসিনচিংবা লৈ।

খোঙ-খুংকী সরুশিংদি, মথল কয়া অমনা পাক্তক্ তৌই, কয়া অমনা মশুং নাইবা, অতেনবা, অশাংবা, অনালবা সরুশিং লৈ, মখোয়শিং অসিগী মনিং-মমাং অনিমক্তা মতোন খরা চাউথোকই অমসুং নাল্লি। মসিগী মতোনসি খরাইগুম্না য়াম্না কুপ্পা মহুৎ-মহুংলি। থোংলি অমসুং নাম্না মফমশিং চপ-চপ চানহনবগী ময়াই অহু উংলি। মতৌ অম্মুম্না সরুশিংনা পুন্সিন্নৈ। মসিদ নংতনা অতোপ-অতোপ্পা সরুশিংসু মথল কয়ামরুম লৈ। মখোয়শিং অদুনা মথল কয়াগী অকোনবা, অক্লিংবা লৈহুনা হকচাংগী মফম কয়ামুক্তা তাইশিন্নরগা লাংপুম অমা উংপদা মপুং ফাহল্লি। তাংশমশীংগী মতুং খংবদা কাং "হং" ( কোম্মোক-কোম্মিন )

ঙাক্লবা সরূ ( Irregular ) হায়না কৌবা লৈ। মত্রৌ অদুগা সরূ লূজাউ ( য়াং-পুবা সরূ ) অসিগীসু মতেক-মতেক্তা সয়রতুনা লৈরিবনি ॥

## অহানবা সরূ সেম্বা ( Cartilage )

ঐখোয়গী হকচাংদা চউরাক্লা সরূগী মরোংসি (অথোৎপা সরূ) হায়বদি ( Cartilage ) অহানবদা রোয়রক্লিবা "সরূ" লোকা ছোরকপা অথোৎপা সরূসিবু অহানবা সরূ ( Cartilage ) কৌই। অসি মশাগী চহী য়াম্নকপগী মতুং ইন্না অতুকী মতীক মরোংদু সরূশিংনা লাউথোকুনা অমসুং শন্দোক্তুনা সরূ অসি রোয়রকলিবনি। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা অসিগুম্বা সরূশিং অসিদি (অথোৎপা সরূ) ভাংশমশিংদা লৈ। মখোয়সি করিগুম্বদা অকনবা সরূমক রোইনদি লৈতে। অথোৎপা সরূশিং অসিদি তেকন্দে, মখোয়সি য়াম্না থোৎলি অমসুং অউইবা পোৎনি। মখোয়সি অতুকী মখল থাইদোক্লা লৈ। মতুদি হায়রিবা অথোৎপা সরূসিদা অঙোবা, আসু অমসুং ঙোক্লনবা, রাউথাংনবা মচু লৈ ॥

অসিগুম্বা "অথোৎপা" সরূশিংনা হকচাংগী মফমশিংদা সরূগী মতৌগুম্না থবক তৌই। অথোৎপা সরূশিংনা সাতোং অমসুং মসিগা মরি লৈননা মফম চানা-চানা অমগা অমগা মরি লৈননা নপশিন্নহল্লি। সরূশিংগসু তীনশিন্নতুনা লৈ। মখোয়সিনা লেং-হায়বসু ঙমহল্লি। সরূ-শিংগী ঙাকশেন্নবগীদ কুসু হায়রিবা অথোৎপা সরূসিনা মরূ রোয়না মতেং পাংবগী থবকসু তৌই ॥

সরূ অমদি-ভাংশম (ছু)— ( Joints ) অসিনা কম্বগী হোৎনা; লেম্বগী কমথবা, অসিদ নংতবা য়াম্না লাপ্না চংথোক চংশিন তৌরিবা, করিস্তবা অরূম্বা পোৎশিং থাংগৎপা ঙম্লিবা, অমদি থবক তৌবদা খুদোং চাইহল্লিবা অসিনচিংবদা য়াহল্লিবা অসি হকচাংগী মফম-মফম

খুদিংদা তাংশমশিং "হং" ( Joints ) অসিনা য়াহল্লিবনি। তাংশম শরু-শিংগী "হং" মতীক অনিমক-য়াম্না কান্না মকল তাম্না লৈমিন্নৈ। থোঙগী হং চম্বক্লোইনা হায়দোক হায়শিন য়াবা তাংশম্বু "হং" কৌই। মতৌ তাম্না হকচাংগী তাংশমশিংনা মতৌ অম্তম্না লৈ। মখোয়গুদি মখল অমুম থোক্না লৈঃ— অমগা-অমগা লোংথোক লোংশিন য়াবা "হং" অমম্বু উচল, তথায়দং হায়দোকপা য়াবা "হং" লোংদবা "হং" উচল; চুশিন্নবা অসিনি। মখোয়সি থবক্কী মতুং ইন্না মমিংশু তোঙান্না লৈ॥

## সদিং থাউ ( Marrow of the bone )

সরুদগী থোকপা থাউ; হায়বদি সরু মনুংদা লৈবা থাউবু সদিং থাউ হায়নৈ। অশাংবা (অতিংবা) সরু অমসুং অথোংপা সরুগী ময়াইদা লৈমিবা পোংতুবু "সদিং থাউ" হায়না কৌই। অঙাং য়োইরিবশিংগী সরুগী থাউদি মেংই, তরু-তরুনা ঈশিংগী মতৌগুম্না পাথোক্ন লৈ। অতুগা মখোয়সি মহাউগী মতৌগুম্নদি লৈতে। মপুং ফারবা মীয়োয়শিংগী সরুগী থাউদি নাপু মচুদা য়াউথাঙবা, থরা কুংশিনবা অমসুং মহাউগী শরুক ফংই॥

## সাতোং অমসুং তোংসা

মসি য়োয়রকপগী ময়োংদি ঈনাংশিংদগী 'ঈলিক" সেম্লকই অমসুং য়োইরকই, মখোয়শিং অসিনা হম্না-হম্না সেম্দোক্লগা শক্তমসি সেমলিবনি, মতুদি মথক্তা পনজখিবা ঈঃ সেমগী মচাঙ্ক ইজখিবা অহু-গুম্না; ময়োং অহুমদগী য়োইরল্লিবা অসিনা হায়বদি ( ঈনাং;-ঈলিক; কমপী; ) য়োয়হুনা লৈরিবা অসিনা তোংসা অমসুং তোংগী সরুক্তা থরা-থরা মরুসা অময়্-অয়্ অমুম চশিনতুনা অতুপা তোংশা সেমলকই। সাতোং য়াউদবা অথোংপা সরুমি হকচাংগী মায়তোংগা চাং মাঙনা কুমই তুবু সাতোং সাগিবনি হকচাংগী অরুম্বা চাংদগী ১ই অমগা তথাইরোল

ব্রোইগনি— ( Muscles make up about one half of total body weight )। মরোংদি লৈপাক্লা সাবা শক্তমগুন্না খরা-খরা তৈশিনবগুম্না মীয়োয়বগী হকচাংস্থ মতৌ অস্থুন্না তোং অমস্থং তোংসানা খজিক-খজিক চাউখৎহল্লি। অসিগুম্বা তোং সেম্বদা চংলিবা ঈলিকী মশিংসীংসি চাউরাক্লা হায়রবদা ঈলিক ১৮ না লাংপুম অমা, লাংপুম ১৮না তোং অমা, তোং ৮ না "তোংশা অমা" ( one fibre) মসিগী মতীক-ময়াইদি অস্থুন্না উৎলি, মহুদি য়াম্না তপ্না মসিগী মরোংসি ব্রোই-রকই অমস্থং মসিদগী অস্থুম সেংদোকলক্কুনা ঐখোয়গী কায়াংশিংসি ব্রোইরকই। হায়রিবা তোংসাশিংসী লংগী মতৌগুম্না য়াম্না কুপ্পি। মখোয়শিং অসিনা মথৌ ফজনা তৌরগ হকচাং ফহল্লি। অহুগা মসিনা ঈংস্থ ফহল্লি। মরমসিনা মভোন্দা ঈংগী মতেংনা ভাংনা উহল্লি। মখোয়সি য়াইমরপ ব্রোয়না পাতকনা লৈ; তৌইগুম্বস্থং মসিদা পারবা মকোক্কুম্বা অনিনা নাকল অনিমক্তা লৈ। তোংসাগী সরুক্কগী ঈশিংনা ৭৫% রোমগী শরুক্কী চাং লৈ॥

মসিগুম্বা তোংসা অসি মছিং অমদা মচীন অনি-অনি লোংই। হায়রিবা তোংসা অসিবু সতোং মরা ( Biceps muscle ) কৌই। তোংসা মরাগী মচীন অনি অসিনা হকচাং মস্থংগী সরু-সয়াংশিংদ নপতুনা ( Ligaments ) অমৎতা ব্রোইনা তিন্নহল্লি। মসিবু তীংলি কৌই॥

মসিদগী অমুকস্থ তোংসাগী মছিং অমনা মচীন অহুম লোংবা য়াউই। অসিগুম্বা তোংসা অসিনা "মরোং অহুমগী মকল" ( Triceps muscles ) হায়না কৌই। মসিগী তোংসা অসি লংগী মতৌগুম্না য়াম্না কুপই; হায়রিবা তোংসাসি; পাম্বোমগী মথক থংবা সাতোংদা অমদি খোঙগী খুবোম, কৈগন্নচিংবদা লৈ, অহুগা য়াম্না ফজনা সরুগা নপশিন্নে। মতৌ অস্থুম তোনা ফাজিন্নরিবা ( Tendons or sinews ) সাগা, তোংগা, লুগা পুল্লপ্না ফাজিননবা অসিবুস্থ তীংলি কৌই। হায়রিবা

মখোয়গসে অস্থুয়া লৈত্রবদি, ঐখোয়না চুয়া লেপ্পা ওমদে অমস্থং হকচাংগী কায়াংশিং অসি লেং-রোংপস্থ ওমদে অত্থগা কায়াংশিং অসিনা হায়-হুবস্থ ওমদে। মতৌ অস্থুয়া মকল অমস্থং তোংসাশিংনা লৈতবা তারবদি, হৌগৎপা ফমথবা, নোকপা, রা-ভাংবা, অমদি হায়-হুবনচিংবা করি-গুম্বা থবক অমৎতা তৌবা ওমলোই॥

সাতোংশিংনা অমগা-অমগা মতেং লৌনহুনা থবক তৌমিন্নে। ইচম-চমনা লৈজবা মতোং অমস্থং অসেংবা, ঐখোয়গী হকচাংদা থবক তৌরিবশিং অমদি মিনং তম্বা মকল য়াউদবা ( Voluntry muscles) হায়বদি সাংবা-সাংবা লৈবা (striped) মনিং তৌজবা ওমদব (Involuntary) তোংসা; মসা মথনতনা থবক তৌজরিবশিং অসিনি॥

অহানবা মরোংগী তোংসা-অসিনা ঐখোয়গী, রাখলগী মতুংইন্না থবক তৌই॥ মথুদি—খুৎনা; খোঙনা; মকলনা; ওকশয়া চীন; অসিনচিংবা অসিনি॥ রাখলনা হেক ফোংদোকপগা খোঙগী তোংসা মকলনা (হায়বদি ফৈগলগী মথক থংবা মকলনা) চীংখৎতুনা হাইবা ওমহল্লি। মসিদ নৎতনা মখোয়শিং অসিনা কোনসিন-তিংথোক য়ানবা মথক মথা অনিনা মসিগী থবক তৌহল্লি। মসিগী থবক তৌনবা সরুগী মন্থুংদা চৎপা মৈশা পুবা শিংলী (লাইথোং* (Flex) অসিগা মরি লৈননা তোংসা অমস্থং মসিগা মরি লৈনরিবা কোনসিন-তিংথোক তৌনবা তোংসা (Extensor) অসিগা মরি লৈননা খুৎ অমদি কোক-চীংবদা থুংনা শন্দোক্নুনা চৎলি॥

অনিস্থবা মখলগী তোংসা:— পোকপদগী লোয়নবক্সবা তোং-সাসিনা ঐখোয়না নিংলিবা থবক্কী মথৌ নিংথিজনা পীবা (সিজিনবা)

মীয়োয়বগী হকচাংগী মন্থুংদা— মৈশা পুবা শিংলীবু *“লাইথোং” হায়না কৌই॥

গুমদে। হায়বদি মশা মথনূতনা মনিং তৌবা গুমদবা (Involuntary) তোংসানি। মথুদি চাকখাউ, মহাউ, ফীরাক, অমসুং থমোয়গী তোংশা (লাইয়ুম) হায়রিবসিং অসিনা লেংদবনি। মখোয়সিনা মতম চুপ্পদা থবক তৌহুনতা লৈ, মথুদি নিংসা হোনতোকপা অমসুং চীংশিনবা, ঈঃ চেলহনবা, চাখিবা পোৎশিংবু তুমহনবা, ফৎতবা পোৎশিংবু মপান্দা তানথোকখিবা অসিনচিংবা অসিনি॥

**মরেক-মহাউ** (Fat)।— মসি থাউ মখল অমনি। মসিগী মরোংদি ঘীগী মতৌগুম্না তৌই। সরুগী মনুংদা লৈবা থাউ মখল অমনি মসিবু সাদিং-থাউ (Marrow) হায়না কৌই। মসিনা সাতোংগী মথক্তা, অথাবা উল্সাগীসু মথক্তা, অমসুং উল্সাগী মখাদসু লৈ। অসিগুম্বা মহাউ অসি 'সা-তোং', তোংসাশিংদা তোঙান-তোঙান্না মরোং খরা-খরা খেৎননা লৈ। অসিগুম্বা মহাউ অসিনা লৈবদগী হকচাংগী অইং-অসা চাং নায়হল্লিবনি। উল্সাগী মখাদা লৈরিবা মহাউসিনা হকচাং ফবা অমসুং ফৎতবগী মতুং ইন্না, ইংগনবা অমদি সাগনবা তৌই। হকচাংগী মহাউনা য়াম্না হেনমল্লবদি নোয়থোকই॥

**উল্সা** (Skin)।— উল্সা হায়বসি ঐখোয়গী হকচাংবু কুপ-শিনবা মপান থংবা কুয়োম (external covering) অমনি। মসিদা 'মালং খোং' হায়না কৌবা মুংশিং পুবা শিংলী হায়বদি (শিংলীগী মছিং) (nerve fibre reflexor) অসিনা মঙানবু চুপশিন্নবা থবক তৌই। মসিনা ঐখোয়গী রাখল খনবদা থংনবগী পাংগলদসু মতেং পি। মসি মখল অনি থোক্না উৎলি:— মথুদি (১) মথক থংবা (epi-demis) উল্সা:— (২) মখা থংবা (dermis or true skin) মনুংগী উল্সা। হকচাংগী মথক থংবা শরুক্তা মতৌ অসুম্না লৈ, মসিবু মথক থংবা কুয়োম (উল্সা) হায়না কৌই। মসি নৎতবা অতোপ্পা মথক ইথং-

থংবা অসিবুনা কুরাংপান (flase skin) হায়না কৌই। মসিদা মুংশিং পুবা, অমদি ঈঃ চৎপা শিংলীনা য়োঁদে। মরম অসিনা মসিদা য়েৎতুম অমস্নুং তিংখংনা থেংবদা নাদে, অদুগা ঈঃ সু থোক্তে। ইরুজবা নত্রগা হকচাংদা তকপদা মসিগী উন্সা অসি চৎখিবস্নু ঙমই. অমস্নুং মসিগুম্বা মফমসিদা অনৌবা কুরাংপান অসি মসা মথনতা অমুক হেক্তা শৌগৎলকই। মরমসিনা ঐখোয়না হকচাংগী উন্সাবু মতম চুপ্পদা তরু তনাম্না থম্বনা হকচাংদা য়াম্না কান্নে অমস্নুং ঈঃসু সেংদোকহনবগী মতেং ফংই।।




উন্সা মন্নুংগী অমস্নুং মপানগী পুন্না খংনববু 'উন' নত্রগা সউন হায়না কৌই। মসিনা তোংসা অমস্নুং মহাউগী মথক্তা লৈ। মসিদা য়েৎতুম নত্রগা তিংখংনা খিৎতং লুনা খোগায়বদা অনাবা খংই, অমস্নুং মফমদুদগী ঈঃ থোক্লকই। তেংপানবা মপুনা সেমলিবা উন্সা অসিনা হকচাংবু ঙাক সেনবগী থবক তৌই। মথক থংবা উন্সা অমস্নুং মখাগী উন্সা মরোল অসিগী মরক খন্না লংগী মতৌগুম্না "ঈলিকখাউ" (cells) অসিনা থন্না লৈ। মসিগী মমিংবু "টু-মরু" (Basement membranes) হায়না কৌই। অসিগুম্বা ঈলিকখাউশিং অসিনা উন্সাগী ঙাক-সেন্নবা তৌই, অদুগা অমুকস্নু হকচাংগী মচু অমদি মরোংবু ফজনা লৈহল্লি। মহুদি:— লৈফমগী মতুংইন্না "মচু" তোঙাল্লি— (The pigment of the skin is continued in the deepest layer of the

epidermis) অমুম্মা মচু সেম্নববু "ঈলিকখাউ" (colour cells) হায়না কৌই। ঈশিং, মুংশিৎ, মুংশা. ( হায়বদি ঃ— লৈসাতাউ, নোং-সাতাউ, পিসাতাউ,) অমুম্মা ঈশিং. নোংশিৎ, মৈবু—খংনহল্লিবা অসিন-চিংবা কন্নামরুমসিনা মরম রোয়হুনা মচু-শংনবা ঈলিকখাউ অসিনা মখল কয়াগী মচু থোকহনবা ওমই। মখোয়সি মচু শংনবগীসি করিগুম্বা হাংদোকউবা তারবদি মফম অদুদা মীরোগ খুদিংমক অহানবদা ঙোনা উবা ফংগনি।

টুখোং অমস্থং উস্না (pores of the skin) উস্না হায়বসি অসেংবা হকচাংগী তোংসামক নৎতে। মসিনা অমোৎপবু মপান্দা পুথোকখিনবা কায়াৎ অমনি। অসিগুম্বা উস্না অসিদা মখুল মচা-মচা লৈ। হায়রিবা মখুলশিং অসিবু টুখোংশিং অসিদা ঐখোয়গী হকচাংগী পীরু-পীরুবা শিংলী মচাশিংনা মছিংশী মতৌওম্না লৈ। হায়রিবা শিংলী মচাশিং অসিদি; হকচাংগী মনুংদগী ফংজবা পোৎ, অমোৎপশিংনা হুমাংগী মরোংদা পুথোকই। অশাবা অমস্থং মপানগী অতোপ্পা ফংজবা মহীকশিংবু (Foreign body) চংদনবা ঐখোয়গী হকচাংবু ঙাক সেনবস্থু তৌই।

ঐখোয়না হুত্তিগী শিজিন্নরিবা সেংন-ইন্নবা ফীরোনশিংবু মত্তম চুপ্পদা সেংনা-সেংনা শুদোক চামথোক্কু‌না থম্বনা খ্বায়দগী অফবনি। মরমদি উস্নাগী অমস্থং টুখোংগী মখুলশিংদা করিগুম্বা অমোৎপা ফংজবা হুমাংবু মপান্দা তানথোক্নবা হোৎনবদা টুখোংশিংসি লাউথোকই, অদুদা ঐখোয়মা ফী অমোৎপশিংনা হকচাংগা থেংনরবদি, অমোৎপা ফীদা পকপা য়াম্না কুপ্পা মহীকশিং অদুনা টুখোংদা চংশিনবগী পাঙ্গল লৈ। মরমসিনা ঐখোয়না ফীরোল, হকচাংবু তক্ক-তনাম্না লৈবনা হকচাং ফবা হেল্লি হায়রিবনি॥

হমাং থোক্লবা কায়াং (Glands)। হকচাংগী কায়াং, ঈ:নচিংবা অসি মপান্দা তানথোকপা হায়বদি; মপান্দা থোকহনবা ওমই। মহুদি হকী পাঙলনা ব্রোইহল্লি। মখোয়হুবুস্ত "কায়াং-হক" (Gland) হায়না কৌই। হকচাঙী মফম পুম্নমক্তা লৈল্লিবা কায়াংশিংনা মথৌ নিংথিনা পাংথোকই। মহুদি হমাং থোকহল্লবা শিংলীগুম্বা (অভৌবা-মচ্ছিং) (Sweat gland is distribuled thickly over the whole surface of the body) অসিনা থবক তৌরিবনি।

মসিগী মখিংবু অরিবা অমাইবশিংগী লোন্দা অস্তুন্না হায়নৈঃ— "লিক্লাং-পরেং" (Tendons) মসি লংগী মভৌগুম্না সেংনা অমদি ল, নাম্না লৈ। মসিগা তোংসাগা অহুকী মতীক মুংশিননা তংম-থানবা তৌদনা ফাজিন্নহুনা লৈ। অহুনা মহাকসি অতোপ্পা মফমদস্ত সন্নগা ফাজিন্নৈ হায়হুনা "তিংলী" (Ligament) হায়নস্ত কৌই। মসি অনানবা, অপাবা অমস্তুং য়াম্না ফজবা কায়াংনি।

শম অমস্তুং টুহাউ (টু-Hair। টুহাউ হায়বসি য়াম্না কুপ্নবা লংগী মভৌগুম্বা পোং হকচাংগী মপানথংবা শরক্তা; উপাগী মথক্তা উবা ফংই। মসিবু ঐখোয়না শম নত্রগা টুহাউ হায়না কৌই।।

হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা অতেনবা অমস্তুং অকুপ্পশিংগী কাংলুপ্-পুনা টুহাউ, অহুগা সেগ্রাক্তা হোবনা "টু" কৌই; খদাংদা অমস্তুং চীবান্দা হোবনা 'কোই' কৌই; ফীহুং (সিহুংগী হংলাক্তা) হোবনা মূল কৌই; কোকথক্তা হোবনা শম হায়না কৌই। শম হায়বসিগী মাগী অশাংবগী পাদমফম লৈতে।। মরুদগী অস্তুম শাংথরকই। শম অসিদা ঈংদি চেনশিন্দে মরম অসিনা ঐখোয়না শম ককপদা ঈঃ থোক্ত্রিবনি।।

শম হায়বসি মীরোয়বগীদি ময়ানি; শমগা লৈসাতাউ, পিসাতাউ, নোংসাতাউ, হায়বদি (মৈ, ঈশিং, নোংশিং,) অসিগা শম্নবা মরম্না

মীয়োয়বনা য়াখল থোক্না হীংলিবনি। শম্ তরু-তনান্না সেংনা অমোংপা পকহন্দনা থম্বনা খ্বায়দগী ফরিবনি। মরমদি "শিংতপুঙ্" কৌবা লাইরিক্তা অস্নুন্না থেংনৈ মতুদি (ঈস্নুং য়াকোন ফমপান্তা তিংকোই পুমথাংনপা' থুমথোইপা চাকচা তমপা, য়োইনপা খুৎচিংলী য়োইপা, লৈনপফা লাই লৈবনা মসিগী থংনবদা য়াকোন লৈ) মসিনা মীয়োয়বগী য়াখল-লৌশিং পুন্নমক পিরিবনি; মরমসিনা শম অমস্তুং কোকপু ফনবা হোৎনবদি তঙায় ফদবনি॥

শম্না কান্নবগী মরম (Function) করিনো? মসিনা অইং অসা ঙাকতুনা চাং নায়না থম্বস্থ ওমই (to protect from heat and cold)। অতুগা হকচাংগী স্নুংশিং স্নুংশা চিংশিনবা ওম্বগী পাং-গলস্থ লৈহল্লি॥

খুজিল (Nail)।— খুজিল হায়বসিস্থ হকচাংবু ঙাক সেনবদা মতেং পাংঙি, নিংলকপদা মহাক্কী থৌনানা মতেং পাংবা ফংঙি— (to assist in dalicacy of touch) খুৎচা অমস্নুং খোঙচাশিংগী মতোন-মতোন্দা খুজিল লৈ। হায়রিবা খুজিল অসি ট্হাউগী মতৌ-গুম্না মপানগী উন্সা মথক্তা অমদি উন্নাগী শক্তম লৌতুনা কুপশিন্দুনা লৈ। মসিনা শমগী মতৌগুম্না খুজিলগী মরুদগী সাংদোক্লকই; অমস্নুং মসিগী মতোন্দা ঈঃ চেনবা শিংলী লৈতবনা মসিবু ঐখোয়না খুজিল মতোন ককপদা করিস্থ নাদে। খুজিল হায়বসি মথাং অহুম থোক্না খায়দোক্পা য়াই ঃ— মতুদি (১) মরু, (Root), (২) হকচাং, (৩) খুজিল থম্বাল অসিনি। খুজিলগী মতোন্দা হকচাংগী শরুক্তগী হেন্দোক্-লিবা সরুকসি ঐখোয়না মরক্-মরক্তা কক্কই, অসিগুম্বা অশাংবা সরুকসি ককথৎত্রবদি মতুদা অমোংপা য়ান্না চংশিন্দুনা চাব-থকপদা য়াউগল্লি। মরমসিনা হকচাং ফনবগীদমক খুজিল ককনরিবনি। মসিবু খুজিল অহেনবা (Free adge) হায়না কৌই। তোংসগী মথক্তা খুজিলগী

মসা (শরুক) লৈ, মসিস্থ 'হকচাং' (body) গী শরুক্কি অমম্ভুং উম্নাগী মখাদা হুৎচিন্দুনা খুজিলগী মরুসিনা (root) চংশিল্লা লৈ। খুজিল থম্বালগা মীৎকা মরি লৈনবা মরম্না মুমিৎ খুদিংগী খুজিল ফেংহুনা মোৎহন্দনা থম্বনা মীংকী পাঙ্গলস্থ ফহল্লি॥

## মীওইবগী হকচাং (Body)

১। কোক, ২। ময়াই থংবা হকচাং, ৩। মসিদগী হেন্দোকখিবা খুৎ-খোঙ্ হায়রিবা; কা অহুম অসিনা মীরোয়বগী হকচাংবু মরোং মতৌ ফিভম (চুং-ফিরান) চানা উৎলিবনি॥

## মীরোয়বগী সরু-সয়াং (Skeleton)

মীরোয়বগী হকচাংগী সরু অসি মখল মরি থোক্না খায়দোকপা য়াই অমম্ভুং সরুশিং অসিনা মীরোয়বগী শক্তম লেপ্পী। অসিগুম্বা শক্তম অসিনা হকচাংগী অরুম-অয়াং শান্নহুনা অমদি হকচাং মন্নুংগী কায়াৎশিংবু সরু-সায়াংশিং অসিনা মতেং য়াম্না পাংই। মহাক্কী মতেংনা য়াম্না অরাইবা মরোংদা মীরোয়বনা চুম্না লৈবা ঙম্মিবনি। কোকপু ঙাকসেন্নবগীদমক সরু মখল কয়া অমস্থ সেম-সাহনা লৈ, মখোয়হুদি কোন্তককোন্তক তৌবা চেগায় মচেৎকুম্বা ময়াম্না সৌজিন্নহুনা সেমলিবনি॥

মখোয়সিনা কোকপু ঙাকলিবনি। থবোম্বী অমদি থমোয় অসিনচিংবা ঙাক্নবগীদমক্তস্থ, হুমদাং সরুশিং লৈরিবনি। মসিদা নৎতনা মুপীশিংগী নাউয়োম, অমদি "সায়রোনফম" (ফুহীং) অসিনচিংবা ঙাকসেন্নবগীস্থ "পিরাই" (pelvis) লৈ; মতৌ অম্মুম তোনা মাইকৈ মরিমক্তা সরুনা কোইশিন্দূনা লৈ॥

মসিগী মথংদা খোঙ-খুৎশিংগী সরু-সয়াংশিংনা মথং মথং "হং"-শিংনা শন্দোক্নুনা লৈবদগী ঐখোয়না লেপ্পা অমম্ভুং চেন-চোংবা য়াম-

বগীদমক হায়য়িবা তাংশমশিং অসিনা মরুয়োইনা মথৌ তৌই, মথোয়সি অতিংবা সরুশিংগী মপুং য়োয়না মথৌ তৌনবগীদমক অসিগুম্বা কায়াংশিং অসি সেমলিবনি। শক্তম অসিমা য়োইনবগীদমক 'মছিং' অসংবা, অনাংবা, অমদি লৈপাক্কী সরুকশিং অসি সিজিন্নৈ; মতৌ অসুম তৌনা সাতোং অমসুং উপ্পা অসিনচিংবসিনা য়োমশিন্নুনা মীয়োয়বগী সক্তম্ মরোং তাহল্লি। মসিগী মথংদা সরুশিংগী মরোং মতৌসু মথাদা ইখজরক্কে।

## কোক লূউ (Head)

ঐখোয়গী হকচাং মমুংসিদগী কোক হায়বসিসু মরু য়োয়বা কায়াং অমনি। ১। কোক, ২। চীন, ৩। মীৎ, ৪। নাকোং, ৫। নাতোন, ৬। থোপ্ ৭। খৌনাউ মমুং; অসিনচিংবসি কোক্কী শরুক্নি॥

## ব্রাকোনপুঙ (Brain)




নিংথিশিংনবা অমসুং য়াখল্ল থোকফম্, ব্রাকোনপুঙ (থোপ) কৌই। মরমসিনা মসিবু হকচাংগী মমুথদগী মহাকসু মরুয়োইবা কায়াং অমনি; ব্রাকোনপুঙ হায়বসি মীয়োয়বদা নৎতনা অতোপ্পা থৌরাইপান্‌বসিংদসু লৈ। ঐখোয়গী অসিগুম্বা হকচাংগী য়োইবা ব্রাকোনপুঙ থোপ হায়বসি অরুকী লেমা অমদি থোৎপা অখন্ন অমনি।

অঙাং ৱোয়রিঙৈ পোকপদা ভাইরিঙৈ মতমদা মসাগী লৈপকবা চাংদগী ভু, অহুমথোকপগী শরুক অমৎতমক লৈরমই। মরমসিনা মসি অহুক্কী তরু-তনাম্না লৈ। (শকুম ৪ শুবসিদা য়েংসি) মহুদি কুয়োম অহুম্না য়োমশিন্দুনা য়াম্না তনাং-তনাংবা মরোংদা লৈ। মীরোয়বগী তুম্বা সারুগী মশিং য়াউনা হকচাংগী সরুশিংসি ঃ— য়াগী সরুক্কা পুন্না ২৫৯নি। মীরোয়-বগী পুন্সিগী খোংচৎতা সরুশিংগী মশিংসি অমৎতা রোয়না লেপতুনা লৈতে। অহল রোইরক্লবা (হন্নরবা) মতমদা মসিগী মশিং হন্নরকই। হায়বদি শৌজিন্নবা য়াবা মকমশিংদা শৌজিন্নথি। মসিদা য়েক্লিবা শকুম অসিদা য়েংসি, সরুক নিপাল থোক্লা খায়দোক্লা লৈরিবসিনি।



১। লাইপক্কী সরু অমসুং লরাই সরু (Frontel bones) ২। চুবা সরু (Parietel bond) ৩। রোইগী চ্বা সরু (Left parietel bone) ৪। লুখম সরু (Occipitel bone) ৫। য়েৎকী, নারুম সরু (Right Temporal bones) ৬। রোইগী, নারুম সরু (Left Temporal bone) ৭। সরু অপাব-কাংখিল (Sphenoid bone) ৮। খরাইগুম্বা সরু (মখুলশিং) (Ethmoid bone)।

অসিগুম্বা সরুশিং অসি; সন্দোক্লা হায়রবদা (১) লাইপক্কী সরু, (Frontal bone) অসিমা কোক্কী মাং থংবা সরুক্কা অমসুং কোক্কী সরুশিংগা মথং-মথং শমজিন্নৈ। ২।—৩। চ্বাগী সরুনা নাকল অনিমক্তা (Pariental bones) লৈ। মসিগী মথক্তা লরাই কুপ্পবা সরুনা (Cranium) মথক থংম্না লৈ। ৪। লরাইগী তুং থংবা সরুক্কা

লখম সন্না (occipital bont) লৈ। মসিগুম্বা সন্নসিগী ময়াইদা চাউরাক্লা খুৎপী মরু তঙ্খায়মুক থাবা-লবা মফম অহুদা "মৈগুম্নবা" *(লায়খোং) কৌবা নাউলীদা মঙানগুম্বা পোৎশক্লা চংলকই। (৫)-(৬). নাকল অনিমক্কী মসা-সন্ননা নাকোংগী তুংদা লৈরগা, কোক্কী নাকলগী সন্নগা ( Temporal bones) সৌজিন্নৈ। ৭। কাংখিল সন্না (Sphenoid bone) অসিনা মাগী-মাগী লৈফমদা লৈত্থনা মরোং তানা শেমজিনবগী থবক তৌই। ৮। খরাইগুম্বা (মরিক-মরিক হুৎপা) নাতোনগী সন্ননা (Ethemoid) মত্থগী মখুলশিংদা মঙানবু চিংসিন্নবা অপাব মুংশিংনা মীৎতা য়োইহল্লি। অঙাংশিংদা অম্মুন্না উবা ফংই মহুদি পোক্পদা ঙাইরিবা অঙাংশিংগী লন্নাই লেলফু অসি পোক্লকপা মতমদা সমজিন্নদে, মসিবু "লন্নাই ফুনদ্রিবা" (open fontale) কৌই। চহী তরুক-তরেৎ শুরক্লগা মফমদু শমজিন্নখি। (ফনজিনখি) ॥

খোপ হায়বসি অঙোবা মখল অমগুম্না ব্রাউথাংনৈ। মসি কোবিলৈগী মতৌগুম্না কোক্তা লৈ। পাখংবা নাউয়োম কৌবা পুয়াদা অম্মুন্না য়াউরি মহুদি 'হীয়াই সংগোম'— 'হীগোক অব্রাউবা'.— মেনমানবা অম্মুন্না মরোল অহুম্ মচু অহুন্না য়োম্ববু; কোক মশুং অহুমনে, হায়না থম্বীরমই। মসিবু শন্দোক্লা হায়রবদা— ১। হীয়াই সঙ্গোম ঃ— হায়বসিনা সঙ্গোম অফম্বগী মচুগুম্না মমুং চন্না লৈ; ২। হীগোক অব্রাউবা ঃ— হায়বসিনা ময়াই চন্না লৈ; ৩। মেনমানবাঃ— হায়বসিনা কোক্কী সন্না মমুংগী মপ্রামগা তাইননা য়োমশিন্দুনা লৈ। মরোল অহুম অসিবু কোক মশুং অহুম হায়না খংনরমই। মহাক্লা খোম্থোকশিংবু চীংশিন্নবা অমদি লৌশিন্নবা তৌই। তীংলী অমমুং নাউপীগা শম্নত্থনা কুপ্ন-কুপ্নবা শিংলীশিংগমু শমজিন্নৈ। কোক্কী মথক থংবা শরুক্তা কুপ্নিবা খোপ অসিদি য়াম্না চাউই; অত্থগা মখাগী শরুক্তা লৈন্নিবা 'ব্রাকোনপুঙ' অসিদি চাউদে কোন্নাগী মতৌগুম্না লৈ। ব্রাকোনপুঙ হায়বসি য়াম্না

*লায়খোং ঃ— মৈশা পুবা শিংলী মখল অমা ॥

মসা তাশিন্না লৈ অমসুং মসিগী মহক য়াম্না লৈ (ল্মই) মহাকসি মসা তাশিনবা অমসুং ল্ম্বসি অতুক্কী মতীক হোল্লিমখৈ মীরোয়বগী লৌশিংসু থোকপা হেল্লি। মসিগী খুদম রোয়না হায়রবদা, ময়ামগী "চাংচৎ" রোইনা মুপীশিংদগী মুপানা রাখল লৌশিং থোকপা হেল্লিবসিনি। মরমদি মীরোয়বগী লৌশিং থোকফম রাকোনপুঙ অসি মুপীদগী মুপানা তাশিনবা অমসুং ল্ম্বা হেল্লি। মরমসিনা মুপীদগী মুপানা রাখল থোকপা হেল্লিবনি।— অতুবু মী খুদিংমক্কীদি রোয়দে, মুপাগী মরক্তসু মুপীগী মরক্তসু অথোইবা মী য়াউই; মতুদি চাউরক্লা ১০০গী মমুংদা ২৫ রোমদি অতুমক য়াউরবনি। অতুগা মপুং ফারবা মীরোয় অমগী রাকোন-পুঙগী ল্ম্বগী চাংসি চাংচৎ রোইনা চাউরাক্লা মীতৈগী অরিবা সেল ১২০০, রোমদগী ১৫০০" হায়বদি (গ্রাম ১২০০দগীনা ১৫০০) রোম ফাউবা অরুম্বগী চাং রোইগনি॥

ঐখোয় মীরোয়বগী কায়াৎশিংগী মমুংদগী রায়েনফম কোন্নুংদি কোকনি। মসিগী মফমসিদা *'মালংখোং' কৌবা শিংলীনা পুবা মফম্নি। *মালংখোংগা *তিংলী অমসুং নাউলীগা সম্নৈ (মরি লৈনৈ)। অসিগুম্বা হকচাংগী থৌ পুরিবা অসিদা মরোং খুদিংমক পাউ তাক্লগা মালংখোংনা থুনমক থোপতা তাকলুই। *থোপতা পাউ হেক ফংবগা রাকোনপুঙনা অমুক মালংখোং য়োনবা থুনা য়াথং পিরকই। য়াথং থারক্লিবা থবক্ মালংখোংনা থুনা পাংথোকহল্লি। থোপ অমসুং রাকোনপুঙ্ (Brain and sensation) অনিনা রাখল চীংশিনবগী থবক (intellect) তৌই। থোপ অমদি রাকোনপুঙ্ অনিগী মরক্তা মালংখোংনা লৈর-বদি পুক্লিং লাংতক্নবগী ময়াইদু ফোংদোপা (emotion will) ঙমদবগী

---

*মালংখোং—মুংশিৎ পুবা শিংলী॥ *তিংলী—হকচাং পুন্নমক শন্নহনবা মছীং॥ *থোপ—কোকথক্তা লৈবা খোনজেল ফাজিন্নবা কায়াৎ॥ *রাকোনপুঙ্—রাখল-লৌশিংগী হৌরকফম॥

চিংনত্নুনা লৈ। হকচাংগী কায়াং অমবু সিজিন্নগে হায়না তৌবদা ব্রাকোনপুণ্ড অত্থদা হান্না খংহল্লি। অত্থগা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা থেংবা শোকপনচিংবস্নু মালংখোংগী শিংলীনা ব্রাকোনপুণ্ডদা খণ্ডহল্লুই। মরম অসিনা মীৱোয়বগী কোকপু ফজনা তরু-তনান্না মৱোং চুম্না থম্বনা ব্রাখলগী মণ্ডাল তাহল্লি। মৱোং অসি ৱোয়নবগীদমক্তা অসেংবা ঈং ৱোয়হনগদবনি। ঈং অসি সেংনা লৈরবদি ব্রাখলদগী থোকপা থবক খুদিংমক অপনবা থোকলোই। কোক্তা য়াম্না অৱাবা পিবনা অফবা ৱোয়দে। অসেংবা ঙ্গংশিংনা লৱাইদা য়েহনবা ফৈ। কোক্কী শম্ব মতম চুপ্পা তরু-তনান্না থমগদবনি।

## হকচাংগী-থোঙ

মীৱোয়বগী হকচাংদা থোঙ্ মাপল লৈ। হায়রিবা মাপলসিগী মমিংদি মথংশিংনা মীৎ ২, নাকোং ২, নাতোন ২, চীল ১, ঈশিংথোঙ্ ১. অমাংথোঙ ১, অসিনি। মাপলসিগী মন্নুংদা কোক্কী থোঙ্ তরেৎপু হান্না শিংথাজরক্কে॥

(ক) মীৎ অনি অসিনা পোৎশিংবু মশক লেপ্পনবনি। ঐখোয়গী মীৎ হায়বসি য়াম্না ইংবা অমস্নুং ল্উবা কায়াৎ মখল অমনি। মসিগী কায়াৎসিগী মতেংনা অমম্ববু উহন্দুনা খংনবগী পাম্বৈ ৱোয়হল্লি। অমস্নুং মসিনা লৈত্রবদি পোৎকি মশক ফজনা খংবা ঙমদে হায়রিবা মীৎসিনা খংনবগী অচৌবা অরেপ্পত্থু থমই। মীৎকী মাংথংবা শরুক্তা ঙাক-সেন্নবা অমদি অমোৎপা শেংদোক্লাবা মীৎপান মথক মখা লৈ। মীৎ অসিগী মৱোংসি চুম্না ঐখোয়না উবদদি মথক্কী মীৎপান্না কুপশিল্লবদি খরা শাংতক তৌনা উবা ফংই। অত্থবু মসিগী মন্নুংদদি মতুম তানা লৈ। মসিগী মন্নুং অসি কোক্কী শরুক্কি। ঐখোয়না মীৎপু মপান্দা লৌথোকপস্নু য়াই। মরমসিনা মহাকসি সরুগী কোম মন্নুংদা মতোংনা য়োমশিন্দুনা লৈ।

মীৎ মতুম অসিগী মতাইদা *তরং (তলং) লৈ। মথল অমগী শিংলীনা হায়বদি ‘মালংখোংনা” থোপতগী লাক্লুনা মীৎ তরংদা (তলংদা) ফাজিন্দুনা থমই। মীৎকী মথক থংবদা লৈরিবা মীৎকী পা হৌরিবা মৎক-মখা




১। মঙান লৌনবা মালংখোং (Optic nerve) ॥

২। মীৎকী মপানথংবা উন্সা (মপ্রাম) (Cornea) ॥

৩। মীৎকী কোম (Front Chamber) ॥

৪। চুমথাংগী মঙানগুম্বা নল্লগা মিংশেন (Iris or Lens) ॥

৫। ৱাখলগী ঈপোম লাকফম (মীৎ-তরং) (Vitreous Humour) ॥

৬। মীৎ নহাগী, মঙান তাফম (Retina)

৭। মী-প্রাম (choroid) ॥

৮। অৱ্‌দ্‌ইবা মীৎকী সাতোং (Sclerotic) ॥

অনিমকসিদা “মালংখোংনা” চংশিন্দুনা মীৎপু য়োমশিন্দুনা লৈ। অতুগা য়োমশিল্লিবা কুয়োমশি য়াম্না কল্লি, অউইবা পোৎনি মসিগী অকোইবদা য়োমশিন্দুনা লৈ। মীৎ মতুমগী ময়াইদা মীৎ নহা হায়না কৌবা (pupil)

অসিগী মথক্তা য়াম্না লংবা মপ্রাম অমনা কুপ্পি; অসিগুম্বা মথক থংবগী ময়াইমক্তদা লৈরিবা অসি য়াম্না তোংনা মথক্তা চখোক্লা লৈবদোনা উবা ফংই। মসি ঈশিং মন্নুংদা হুমিৎ উবগী পান্দমগুম্না লৈরিবনি। মসিগী মরোংসিগী কাখল অসিবু অরু ইবা উন্সা (sclerotic) কৌই। মসিগী কাখলসি অঙৌবনি। মসিদগী অতোপ্পা কাখলনা মখাগী শরুক্তা য়োমশিন্দুনা লৈ। মসিবু মীৎ নহা হায়না কৌই। মসিদগী মখাদা "মালংখোংনা" পুবা তরং (তলং) কৌবা শিংলী (optic nerve) অসিনা মন্নুংদগী লাক্নুনা শমজিন্নে॥

মীৎ মতুমসিগী মথক থংবা, নাতোনগীনা মখা রোয়রপ্না কায়াং অমা লৈ; মসিদি 'পি' খোকফম (Lachrymal) লৈ; (শক্তম ৭শুবা) অসিদা য়েংসি। মসিগী কায়াংসিদগী য়াম্না রারবা, য়াম্না হরাউবা, পুক্নিং শোকপা, য়াম্না অনাবগী চৈথেং পিবা অসিনচিংবদগী; হায়রিবা কায়াংসিদগী 'পি' লাক্লগা মীৎপান্দা তারকই মরমসিনা মসিবু পি-উতোং নত্রগা, পি-মরি হায়না কৌনৈ। মীংকী মপ্রাম অহুমসিনা মিৎপু য়োমহুনা থম্বা মরম্না মসিস্থ মিৎপ্রাম (choroid) হায়না খংনৈ॥



১। পি-শুংফম (Lachrhmal gland)।

২। মীৎপান (Tarsal cartilage)॥

৩। পি-মরি (Lachrymal Duct)॥

৪। নাতোনগী মরি (Nasal Duct)॥

*মীৎতরং— হায়বসি অরিবা লোন্দা 'তলং" হায়না খংনৈ॥ মসিবু মাগী মচু মমেন লৈতবা তরং নোংথোগুম্না লৈ হায়দুনা মীতরং কৌরিবনি॥
*মীৎনহা—তরু-তরুনা লৈবা মন্থদবা।

মসি য়েংবদা অঙকপগী মরোং অমা ৱোইনা উগনি। মসিদা "মালং—খোংনা" পুবা শিংলী অমসুং ঈঃ চৎপা শিংলী লৈ। মসিগী মমিংবু মীৎ মরিস্থ (Retina) কৌই। মীৎকী ময়াইদা ইকোই-কোইনা মীৎ নহাগী মতাইদা ময়ি-ময়ি মিরাংগী মতৌগুম্না লৈরিবা অরংবা (convex lens) অমা লৈ। মসিনা মীৎকী উনবগী মঙান পিবদা মতেং পাংই॥

মীৎমুংগী কুরাংপানশিংবু ঙাক-সেন্নবা মীৎ-পা (Eye-lid) অসিনা খপ্লুনা (মথুম-ৱোয়না) অমসুং অমোৎপশিংবু ঙাকথোক্নবগীদমক মীৎপাম্না থুনা খপ্পি (lash)। মীৎপান্দা লৈবা তোংশাগী "তিংলী" (Eye-lid) মসিগী মতেংনা মীৎকী মথুম হাংদোক্নুনা পাংবা ঙমহল্লিবনি॥

মীৎকী মতুম তাবা অকোয়বা অসিগী মমু গী কোম অসি অঙক-পগী মরোংদা লউনা লুনা লৈ মসিগী মতেংনা ঐখোয়না উত্নুনা রাখল পোকলকইবনি। ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমগী লৈফম্বু উবসু ফংলিবনি। অতুগুম্বা মতম্ অতুদা উরিবা পোৎ অদো মিংশেনগী মঙান-গুম্না মীৎ নহাসিনা মঙান পিশিনখিত্নুনা মীৎ-তরংদা মঙান্দু তাহল্লুই; মীৎ-তরং হায়বসি য়েরুমগুম্না মতুম তানা ঈশিংগী মতৌগুম্না ঈলং-লংনা লৈবা কায়াৎনি, (Aques and vitreons humour) মসিদা মীৎ তরং (retina) অসিনা মঙান তাহন্নবনি। মসিগী মমি অসি য়াম্না থুনা থোপতা য়ৌহল্লি অমসুং মতম অতুমক্তদা পুক্লিংনা মত্নগী অকুপ্পা রাখলগী লংলা-লংজিন্দু থোকহল্লি। তোংসা মরোল তরুক্না য়োমশিন্দুনা মতুম তানা মমুং য়োনা য়োমশিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা তোংসা মরোন্‌শিং অসিনা য়োমত্নুনা লৈবা মরম্না, মীৎসিনা লেংথোক-লংশিন তৌত্নুনা য়েংবা ঙমলিবনি॥

মীৎ হায়বসিনা হকচাংগী মতেং পুম্নমক পাংঙি। মঙোন্দগীসু রাখল থোকহনবগী হায়বদি রাখল চি থোকপগী মরু ৱোয়না মতেং পি। মরম অসিনা মীৎপু ফনবা হোংনগনি, অমসুং থমগনি।

মীংকী মঙান শেংনা উবা ফংত্রবদি ইবা-পাবা অমদি অকুপ্পা থবক তৌবদা য়াম্না অরাবা রোয়হল্লি। করিগুম্বা থবক অমত্তা মমুং তামা তৌবা ঙমদে মীংকী মঙানবু সেংনবা হায়তুনা অরংবা-অঙানবা হেন্না শিজিন্নরবস্মু মীংকী অমাংবা রোয়রকই। ঐখোয়না উনা-য়ানা অমদি নাপী অশংবদা মুমিং খুদিংগী য়েংবনা মীংকীদমক্তা য়াম্না কান্নহল্লি। মীং ফংত্রে হায়তুনা ঐখোয়না (আনোক) শিজিন্নবস্মু অমাংবা লাকই; অতুবু মুমিংকী মঙান, অরংবা মৈনচিংবদা তোয়না য়েংলবস্তু মীং য়াম্না সোকহল্লি।

(খ) **নাকোঙ**ঃ— নাকোঙ অনিনা চীরাইগী হায়থরকপদা য়েং-রোয় অনিগী নাকন্দা অমমম্ লৈ। শন্দোক্লা হায়রবদা ঐখোয়গী মরু রোয়বা কোক্তা লৈবা কায়াংশিংবু ফজনা শিজিন্নবগীদমক্তা কাখল অহুম থোক্লা খায়দোক্লিবনি। মতুদি ঃ— ১। মপানথংবা "না" ২। ময়াই থংবা নাকোঙ, ৩। মনুংগী অরোইবা নাকোঙ॥ মপানগী "না" অসিনা কোঙ্গেং মকু মান্না লৈ। মসি কোক্কী নাকলগী য়েং-রোই অনিমক্তনি—"না" অমস্তুং নাকোঙ মখুন্দা খোনথোক চবুল চবুল লাকই অতুগা খোনখোকশিংতু "নাকোঙ মখুন্দা" চংশিল্লি (auditory canal) অসিগুম্বা নাকোঙ মখুন মনুংগী মাইকৈদা তপ্না-তপ্না চংখিতুনা—হায়বদি (মেংনা) চংখিতুনা খোম্থোকপু পাখোকহল্লগা থেক-খোয়না চংহল্লি অতুগা অপাবা মখল অমগী অমেংবা অতুদা থেংহল্লি। অসিগুম্বা অমেংবা উসাগুম্বা অসিবু "পুংমায়" (Tymponic membrane) কৌই। নিংশাগী শিংলীগা য়াম্না মরি লৈনৈ, মরমসিনা মসিদা অতোপ্পা পোংশিংনা প.ক হেক চংশিনবা ঙমদে। নিংশাগী শিংলীনা নাকোঙগী অমোংপা নাকোঙ-নপথীবু মপান্দা তাম্থোকই। মসিবু (wax glad) কৌই। হায়রিবা নাকোঙগী কায়াং ময়ামশিং অসিনা অমোংপবু সেংদোক্তুনা মনুংগী নিংশা মরিবু সেংনা থমই॥

## চরম উতোংগা নাকোঙ্গা মরি লৈনবা
## ( Eustachian tube )

নাকোঙ্গী মমুং অমস্থং মপানগী শরুক্তা 'ফুরিবা' খোনথোকপু ফজনা, হায়বদি অনেম-অরাঙ্ চাং নাইনা থমই ॥ মপানগী পুঙমাইদগী লৌরগা, মমুংগী নাকোঙ্ অহানবা তিংথল ফাউবগী মশা (লাঙপুম) অসিবু "ময়াইথংবা নাকোঙ" কৌই অসিগুম্বা নয়াইগী নাকোঙ্দা খোনজেনগী সাফুনা থম্না লৈ। নাকোঙ-ময়াইদা অপিকপা সরু অহুম্না লৈশিন্নহনা অমগা-অমগা থেংননা লৈ। মসিনা য়েংবদা থংবগী মতৌগুম্না (hammer) লৈ। অমস্থং অনিস্থবসিনা মরোং সেম্লগা পিশিন্নবা মুংফালগী মরোং মানবা অপাব সরু (anvil) লৈ; অমস্থং অহুমশুবদা লৈরিবসিদ য়েংউ, খোঙনেংকী মতৌগুম্না (stirrup) লৈ। নাকোঙ্ ময়াইগী মথংদা অরোইবা নাকোঙ্ লৈ। মসিদা চংলিবা "মালং-ঈপোম" অসিনা "ব্রাকোনপুঙ্দগী" লৌথোক্লবা মতুংদা 'পুক্লিং' অমস্থং 'থোপ' অসিদা নৈনরবা মতুংদা ব্রাকোনপুঙদা অমুক চংশিল্লগা ব্রা, লীশিং-লীশিং পুথোকই, অমস্থং মসিগী অপুনবা মসা অমদগী মশা-মরেং লোংথোক্লনা থোপতা পিশিল্লী। অরোইবা নাকোঙগী ময়াইথংবদা লৈরিবা খুৎনাউবীগী মতৌগুম্না লৈবা ময়াইগী শরুক্তা য়েরুমগী মরোং মানবা অসিগী (শরুম চগীদা য়েক্লিবসিদা য়েংসি ॥

## মালং ইপোমগী কায়াৎ নত্রগা খোঙ্হোক ফানবা
## (Function of the auditory apparatus)

না— মপান থংবা না, অসিনা থাঙৈসেংবা পাউ :— মপৈশিংবু পুঙমায়দা য়ৈশিল্লগা নাকোঙদা চংশিল্লি, মসিগুম্বা খোনথাঙ অসিনা নিক্লা-নিক্লা চংলকই (vibration) অসিনা মরম য়োয়হনা খোনজেনবু মরেক শেংহল্লি ॥




১। না, ২। নাকোঙ ৩। পুংমায়, ৪। নাকোংগী ভিংখল সরূ ৫। খোঙ্থাং ফানবা সরূ, ৬। খোঙ্থাং চুপশিন্নবা সরূ ৭। নাকোঙ্ মরৈগী নাউলীশিং ৮। মালংখ্রোং ॥ মথংদা মমুক য়েংসি ১দগী ৩, ফাউবনা মপান থংবা। ৪দগী ৬ ফাউবসিনা নাকোঙ্ ময়াইগী শরুক্কি। ৭তগী ৮ ভাউবসিনা নাকোঙগী অরোইবা শরুক্কি ॥

অনৌবা তোঙ্ অমস্থুং অথোৎপা সরূ অনৌবা তোঙগী মথৌ — য়াহৈশিংবু ফজনা লৌনবগী থবক তৌই। (To, occomodate the membrane to vibration) ॥

নাকোঙগী শাফু পিনবা না-লী (শিংলী)। নাকোঙগী পুংমাইনা মন্নুংগী শরুক্কা. মপানগী শরুক্কা মরী লৈনহন্দুনা রাহৈশিংবু মন্নুংদা পুশিন্দুনা মহাক্কী শাফুনা চাং অমদা (equatise the pressure) শিজিন্নৈ।। ঐখোয়না, নুমিৎ অমদি মঙানগী মতেংনা উবা ফংবগুম্না; নুংশিংকী ঈপোম্মা ঐখোয় পুন্নমক্না তাবা ফংলিবনি।।

মরোংদি ঃ— ঈশিংদা লৈতুম থাদরগা ঈশিংগী ঈপোম্মা ঈকোই-কোয়না অমুম শন্দোকপগুম্না করিগুম্বা খোনজেন অমা থোকপদা নুংশিংকী ঈপোম্মা পুত্নুনা চৎলি। করিগুম্বা পোৎ অমি থেংনবদা থোক্লিবা মখোন্দু পিশিনবদা নাকোঙগী কায়াংশিং অসি নিকই অমসুং, অতুগা থেংনরিবা *"মালং ঈপোমগী" শিংলীসু য়ৌনা নিকই। মরোংদি 'মালং ঈপোমনা' অমুক হন্না মশা মতোমতা য়ৈশিন্নন্দুনা "মালং ঈপোম্," থুগায়ত্নুনা নিকহল্লিবনি। মতৌ অসুম্না মালং খোংশিংনা পুশিল্লক্কুনা চিংথোক-চিংশিন্ তৌবা মরম্না মন্নুংগী কায়াংশিং অসিবু নুংশিংনা নিকহল্লিবনি। মসিদা; নাকোঙ মন্নুংদা চংশিল্লকপদা পুংমাই অসি নোপ্পী, অমসুং মহাকপু মতমত্তুদা নিকহল্লিবনি। পুংমাই অসিদগী হন্না মথং-মথং ফুজিন্নহন্দুনা নাকোঙ মন্নুংগী কায়াং অমসুং মালংখোংশিংবু নিকহল্লি।। মতৌ অসুম তৌনা নিংশা-খোংগী মরিনা, হায়বদি মালংখোংনা থোপ্তা য়ৌহল্লি, মতমত্তুদা ঐখোয়না রাহৈশিংবু খঙ্বা ঙমই।।

ঐখোয়না নাকোঙদা য়াম্না লুনা থিংজিন্দুনা হোৎপা ফংতে। করিগুম্বা মরোং অমদগী শোক্তখিত্নুনা নাকোঙগী পুংমাইসি তৎখ্রবদি; পুন্সিত্নুগী না, পংবা হায়বত্নু রোয়খ্রগনি। অত্নুবু নাকোঙ্ মন্নুংদা অমোংপা য়াম্না লৈরবসু ফংতে। অমোংপা ফংতবশিংনা ফুনজিল্লবসু তাবগী পাঙ্গল রাংলি। মরমসিনা নাকোঙ মন্নুংসি শেংনা-শেংদোক্কুনা

---

*মালংখোং ঃ— নুংশিং চেন্বা খোং।।

*মালং ঈপোম ঃ — নুংশিংকী ঈপোম।।

থমগদবনি। নাকোঙ্গী পুংমায় অসি য়াম্না পাবা অমসুং নৌবা পোৎনি মসিদা য়াম্না কনবা খোঞ্জেল্লা য়ৈশিনবদসু সেগায়বা ঙমই। অদুনা নাকোঙদা অকনবা ঈশিংগী সাফুনচিংবা কাপশিন্দুনা শেংবা তারবদি অথংবশিংনা শেংদোকহনগদবনি॥

(গ) **নাতোনঃ—** মসিদি লাইপক্কী ময়াই মপাদা মখা চথনা লৈ। নাতোন হায়বসি সরূ তরেৎনা সাবনি। মদুদি (১)-(২) অসিনা নাতোনগী *"তোংনাউ" সরূ অনিসিনা (Nosal bones) নাতোনগী মতোন শরুক্তা লৈ, (৩)-(৪) অসিনা মনুংদা লৈশিনবা সরূ (Interior turbinated bones) হায়রিবা সরূ অনিমকসি নাতোনগী মনুংদা মতোন্দু কোন্সিন্না লৈ; (৫)-(৬) অসিনা 'পি' থোকফম সরূ অনি (Lachrymal bones) অসিদি মীৎকি মনুংদগী শম্নদুনা নাতোন মনুং ফাউবা লাকই। হায়রিবা সরূ অনিগী মরি (খোং অসিদগী লাক্লগা না-তোনগী তোংনাউগা) শম্নদুনা 'পি' থোক্লকই; (৭) নাতোন মথক্কী সরূ




শক্তম ৯দা উৎলিবসি নাতোনগী শরুক্তি। (১৮) য়াথক্কী-য়ারি অথোৎ-পা সরূ (১৯) য়ারি অরোইবা; (১০, ৭, ৬,) কোন্থোক-কোন্সিন লৈবা সরূ 'তোংনাউ' (১৪) মথক্কী লীরুং শাবা মীৎকি কোম। য়েংবিয়ু নাতোন সরূগী মতৌ অসি করম্না লীরুং শানা অমসুং মচৌ-মচা নাইনা লৈরিবনো॥

নাতোন (vomer) অসিদি অপাবা সরূনি। নাতোনগী তোংনাউ সরূ অনিগী ময়াইদা য়ুখলগুম্বা অমনা (ফক্লাংগুম্না) মনুং ফাউবা লৈ। নাতোন অসি মচৌ-মচা নাইনা উরিবসি; মসিনা নাতোনগী খরাই-গুম্বা মখুলশিং (nostril) লৈবা মখৈ মচৌ-মচা নাইনা কোন্থোক

কোন্সিন তৌই। মসিগী মহুংদা ঙৌপাক (palate) মথক্কী শরুক্তা কোক্কী তুম্বা (skull) "খোং"গী শিংলীনা শিন-থুংনা শন্দোকই॥

মথক্কী কোম্ঘোক-কোন্সিন সরু *"তোংনাউ" অনিসিগী ময়াইদা তোঙান-তোঙানবা খরাইগুম্বা মথুলশিং অসিনা সরুগী ময়াইদা লৈ; অসিগুম্বা সরুসিদা ঈনাংশিংনা তৈশিন্দুনা লৈ। কোক্কী শরুক্তা লৈরিবা নাতোনগী শরুক খরাইগুম্বা মহুং-মহুৎপা অমদি চীথেক নাইবা (Ethmoid) সরুসিদা মনম লৌনবা *"মালংখোংগী" শিংলীনা (olfactory nerves) খোক্লুক্তুনা *"লাইখোংগা" শম্নহুনা হকচাং পুম্নমক শিনথুংনা সন্দোক্লুরগা "খাখোংদা" থুংলুরগা হেক মাঙখি। অসিগুম্বা মনম লৌনবা শিংলী (olfactory nerves *"মালংখোং" অসিনা তোঙান্না খায়দোক্লখি মরমদি মসিদা ব্রাউথাংনবা মচুগী পোৎশক্কী শরুক য়াম্না লৈ; মখোয়হু য়াম্না থোৎপা অমম্নুং অমুনবা হৈগী মতোংগুম্না তৌই। মহুনা করিগুম্বা মনমগী শরুকপু মুংশিংকী লৈরিক (air cells) ব্রোইনা পাইহুনা "মালংখোংগী" শরুক্তা লৌশিল্লী; মতমহুদা মনমগী শরুক অহুনা ব্রাকোনপুঙ্দা থুংলুই॥

**মনমগী কায়াৎ :—** ( মনম পীশিন্নবা অমদি চিংশিন্নবগী কায়াৎ) নিংসা হোন্দোক-হোনজিনগী মুংশিৎ লৌনবা অমম্নুং থাদোক্লবা খোংচৎকী চাং পুনবা লৈ। চীলদা অমদি খৌনাউদা হোন্দোক হোনজিন তৌবম্নু য়াই। অহুগা নাতোন অনিদা লৈরিবা মখুনশিং অহুদা থন্না-থন্না চংশিল্লি। নাতোনগী অমম্নুং নাখাঙগী খরাইগুম্বা মখুনশিংনা নিংশা লৌবা মতমদা মুংশিংকা লোয়ননা উফুলগী লৈরিক্লচিংবা লাকই; হায়রিবা মখুলশিং অসিনা নিংসা চিংশিন্বদা, উফুলগী লৈরিকশিং অহু খামহোই,

---

* মালংখোং :— মুংশিৎ পুবা শিংলী॥ * তোংনাউ :— নাতোনগী অথোৎপা সরু॥ * লাইখোং :— মৈ পুবা শিংলী॥ * খাখোং :— ঈশিংপুবা শিংলী॥

অহুগা নাখাঙ্গী মরু লৈশিনবশিং "তোংনাউশিং" অহুদা ফমজিন্দুনা লৈ; অমুন্না মীংকুপ খুদিঙ্গী মতম শাংনা নিংসানা লৌহুনা তুংশিনবনা অমুম য়ামখংলকই। মতৌ অমুন্না নাখাঙনা নিংশা লৌবদা মতম চংনা শেংদোক্লগা থবোম্বীদা থুংলুই। মরমসিনা মরক-মরক্তা লোকথুংবদা থবোম্বীদা লোকহনজ্রিবনি। ঐখোয়না নাতোন্দা নিংশা হোনবনা হেক্ক ফৈ। নাতোন্দা নিংসা হোনবসিনা হৈনবী রোয়নবা হোৎনবসু খ্বায়দগী ককবনি; মসিনা মুংশিংতগী লাকপা (পুরকপা) মনমত্থু থুনা খঙবা ঙমই। অমনা য়াদ নিংসা হোল্লবদি মহুনা তুম্বা মতমদসু অমুম হোল্লি মরম-সিনা য়াম্না পাঙ্গল রাংলি পুল্লিদে॥

(ঘ) – য়ানুং অমসুং খৌনাউ: - (Mouth) চীল্ অমদি খৌনাউ মনুং অসি য়েরুম মকু অহাংবগুম্না লৈ। শকুম ১০সিদ য়েংবিয়ু)। মসিদা "খাখোংগী" শিংলীনা য়োবা মফমনি। মসিগী মাং-থংবদা থোঙ্গী মতৌগুম্না মখুল অনি লৈবা উই। মসিগী মনুংগী শরুক্তা নিংসাগী উতোং অমসুং চরম উতোং অসিনচিংবা খোং মডা লৈ:— হায়রিবা খোং মডা অহুদি মথংসিংনা—(১) নাকোঙগী মখুল লম্বী * (তিংখুল) Eustachian tube)। (২) নাতোন অমসুং নাখাঙগী মখুল লম্বী (Nasal passag)। (৩) নিংসাগী মথক থংবা লম্বী নত্রগা, নিংসাগী কায়াং খৌনাউ তিংখল মথক (Larynx)। (৪) চরমগী তোঙনাউ (pharynx)। নাতোনগা ফাউনবা খৌনাউ অমদি (৫) চাকখাউগী লম্বী (Gullet) চরম উতোং অসিনি। মসিগী মথক থংবা শরুক্তা ভৌপাক অমসুং মথুগী অকোইবদা য়াগী য়াড়ী পরেং লৈ। মখাগী মায়কৈদা লৈয় অমসুং য়াখাগী য়া পরেং লৈ মসিগী নাকল অনিমক পোপা লৈ, মথংগী (শকুম ১১, অসিদা য়েংবিয়ু।

ঈনাংগী কায়াং (Mocus membrane) মসিনা লোক, নপ; তিল, অনাংবা ঈনাংশিং খোকহল্লি। মশি য়াম্না খোংপা মথল অমগী

উন্নানি। মসিগী কায়াৎসিদা ঈনাংশিংনা অরংবা মথক অমনী পোৎ বোয়না মতম চুপ্পদা তৈশিন্দুনা লৈ।




**চীলবান** (Lips) চীলবান অনিগী মথকথংবগী মথক খজিন্নবা নাতোন শুমাং কৌই মসিদগী শন্দোকখ্রিবা অতৈ অকোইবসিনা চীলবাল কৌই। মথাগী চীলবালদগী হায়থরকপনা খদাং হায়না কৌই। হায়রিবা অনিমকসি তোংসা ঙাক্তনা শাবনি। মখোয়সি থাংজৈশেংবা তোংশানি। মসিগী মপানথংবদা উন্নাগী কুয়োম অমসুং মন্নুংগী মায়কৈদা (য়ান্নুংলোমদা ঈনাংগী অপারা উন্নানা কুপশিন্দুনা লৈ)।

**নিংশাগী কায়ং** (Larynx) :— মসিদি মুংশিং-নিংসাগী *"হুমলেল্-হামলেল" উতোংগী মথক্তা অমসুং তিংখলগী মতুংদা হায়বদি লৈর-খোংদা লৈ। মতুগী ময়াইথংবা শরুক্তা চবম (trachea) উতোং লৈ। চরমগী মখাদা মুংশিং উতোংগী (Bronchi) শরুক অনিনা মরম বোয়হুনা খম্বোম্বীদা চংশিল্লি। মুংশিং উতোংনা খম্বোম্বীগী (Lungs) মথক্তা লান্নগা য়ান্নুংগম্ফু ফাউনৈ।

**মচি লোনরা খোং** (Alimentry canal) :— মসিগী খোংসি চাকথাউদগী লান্নগা খোনাউদা মহাক্কী মচীলক্নু হাংদোকই। চাখিবা

পোৎ খুদিংমক মসিগী খোংসিগী মত্তেংনা চাকখাউদা চংহল্লি; অমসুং মসিগী খোংসিনা হেক ফংবগা তুম্নবগী থবক তৌবা অহৌবনি ॥

নাখাঙ.গা ফাউনবা খৌনাউ (pharynx) :— মসিবু নাখাঙ হায়না কৌই। মসি চরম উতোং মথক্কী শরুক্নি। নাখাঙগী মখাদাখৌরি উতোং (Esophagus or Gullet) লৈ। খৌরি উতোংগী মতুংদা চরম উতোং (খৌনাউ) লৈ ॥




১। নাতোনগী শুমাং সরূ ॥ ২। খদাং সরূ ॥ ৩। চীলবাল ॥ ৫। চরম উতোং। ৬। খৌরি উতোং (নিংশাখোং) ॥ ২১। চাকখাউ মথক্কী (তুং-থংব ॥ ৯। চাকখাউ মনুংগী শরুক ॥ ১১। মশিংখা ॥ ১০। ফীরাক ॥ ১৪, ১২, ১৩, চাকখাউগী মরি ॥ ১৫। পুক্লিন ঙিলশাং (থীপোঙ) ॥ ১৬। থীরীল (থীলিল)। ॥ ১৯। থীরীল অচৌবা য়েৎকী ॥ ১৭। থীরীল অচৌবা ৱোয়গী ॥ ১৮। মথক্তা লৈবা থীরীল ॥ ২০। অমাংথোঙ-হোয়লোঙ ॥ ৭। লুখম ॥ ২২। ঙকশম ॥ ৮। ম্রাখাগী চগোৎ সরূ ॥ ৪। ম্রাথক্কী চগোৎ সরূ ॥

থঙুজিনগদবদি :— ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমা চাব-থকপা মতমদা, চান্নিবা পোৎ অহু খৌনাউদা লৈরিবৈ চাকথাউ য়ৌদ্রিবৈদা পোৎতুনা অতোপ্পা লম্বীদা চংশ্রবদি য়ান্না কিনিংঙাই য়োইবা অমসুং মিপাইনিংঙাই য়োইবনি। মরমসিবু থঙ্‌বদা পুক্কিংদা চিংনবা পোকহল্লি। ঐখোয়না ঙঙাইকদনা চেকশিনগদবদি করিগুম্বা পোৎ চান্নিবৈদা নোকপা অমদি য়া য়ান্না ঙাংবনচিংবা কৈদৌবৈদা তৌফদে॥ চারি-থক্লিবৈদা য়া ঙাংবা হায়বসি য়ান্না ফংতে। অমুম্না অহন য়োইবশিংনা তাকপিরমই; য়াসিদি চান্নিবৈদা য়া ঙাংবগী ফংতবা মরম অনি লৈ। মতুংদি মথক্তা হায়রিবা নিংশা উতোংগা মরি লৈনরিবা মথুংশিং অসিদা, চারিবগী মহীচু চংশ্রবদি অৱাবা য়োইহল্লি; অমনা চান্নিবৈদা য়া ঙাংবা হায়বসি পুন্সিম্মু ময়েং তাই হায়না অহলশিংনা অসুম্না তাকপিরমই॥

## ঙৌপাক (Palate)

ঙৌপাক্কী মতাই অকোইবদা লৈরিবা লীরুং শাবা অকোনবা সন্না অসি মথক্কী সন্নগা শৌজিন্নে। মসিগী মনুংগী মখাদা তোংসা তরানা সেম-সান্থনা লৈ। মসিগী নাকল অনিমক্তা তোংসা অনি অমসুং মতুংদা ঙৌগী সাইজোল (Uvula) না সেম নান্থনা লৈ। ঙৌপাক্কী মনুংদমু তোংসা অনিনি, অমসুং মতুংগী মতুংদা তোংসা অনিনা চাব-থকপা মতমদা নাথাঙ্‌গী মখুলবু থিংহুনা থমই। খদাংগী শরুক্তা শায়বা, য়া ঙাংবদা ঙৌপাক্কী মতেংসু পাঙই অহুগা লৈয়েং অমসুং তিংখলনা ঙাংবা অমদি খোন্নোক, মহাউনচিংবা থঙহল্লি।

## য়া (Teeth)

য়া হায়বসি ঐখোয়না খংবা ওমই। মহুদি মহাক্না থন্নাই পান্নবশিংগী হীংনবগীদমক্তা পোৎ শায়নবা কান্নাৎ অমনি। মীয়োয়বগী য়াসি পরেং য়োয়না মথক মখা অনিমক লৈ। মপুং কান্নবা মগোয়শিংদা

মথক্কী য়াড়ীদা য়া ১৪নি, অন্থুগা মখাগী য়াড়ীদা য়া ১৬নি। অন্থুগা অঙাং য়োইরিবৈদদি মথক মখা পুন্না য়া ২০, থকতং হান্না হৌরকই। মহুবু শীন্দ্রিবা য়া নত্রগা খোমগী য়া"' (Milk teeth or temporary) হায়না কৌই। মসিদগী থরা চাউরক্লগা অহানবগী য়া অসি তেকপ্পবা মতুংদা, মফমহুমক্তদা অমুক য়া হৌরকই। মসিগী মতুংদা চহী ২১-২২ শুরক্লবা মতমদা অতোপ্পা য়া মরি অমুক হৌরকই। মসিবু লৌশিং তারবগী য়া (wisdom teeth) নত্রগা য়াপং হায়না কৌই। য়া অয়োইবা কুন্থ্রাশুবা য়া অসিদি তেকপা ভৌদে, করিগুম্বা তেকখিবা থোক্লবদি মহু অমুক হন্না হৌরক্রে, মরমসিনা মহাকপু হৌরক্লবদি য়া হৌবা লোইরে হায়হুনা "য়াখৈ" (permanent teeth) হায়না কৌই॥

## য়াখৈ হৌবা মতম

য়াখৈগী য়া হৌবা মতমসি মশাগী পোকপা মতমদগী (মপোক থা অহুদগী) In months লৌরগা॥

| থাশিং হনগংনা | অমন্থুং হন্থনা |
|---|---|
| ২৪, ১৮, ১২, ৯, ৭, | ৭, ৯, ১২, ১৮, ২৪, |

অস্থুম্না চৎপগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা য়া ৩০,গী শরুক মরি থোক্না য়েনথোকপা য়াই :— মহুদি য়ামাং (inciror), গী মথক মখা পুন্না য়া ৬ নি, মথক্তা ২, মখাদা ৪, অসিনি। মথংদা য়াপঙ (bicuspid) অসিনা পুন্না ১২ নি, :— মসিগী অয়োইবদা য়াখৈ (molar) অসিনা ৪ নি। ( শক্তম ১২ শুবসিদা য়েংসি )॥

ময়োংসি মমাগী নাউয়োমদা লৈরিবৈ; থা ৬, কী ফীভমদগী ( Intrauterine life ) হৌনা য়া শেম্নবগী মচাকসি য়ারিদা চংবা (লৈবা) হৌরে। মসিগী মতুংদগী অস্থুম হৌরক্লুনা য়াগী লৈকম য়াম্বি অসি সেম্বগী থবক ভৌই।

শক্তম ১২ শুবা




য়াগী মরোং মতৌ অমসুং শক্তম উৎপা ॥

য়া শাবগী মরোং ( Formation of teeth )

য়াগী মরোং মতৌ হৌনবী মতুংইন্না অসুম চাউখৎলকই, অতুগা লোক চেনবা নত্রগা মশা সোনবা, হায়বদি সোন্দম-নাদম লৈবা; অসিগুম্বা মীরোয়শিংগীদি সরূ শাজিনবা তপ্পী (থীল্লি)। অমসুং সরূশিং পেৎথোকই, ঈঃ মুংশিং শেংলক্তবা, অপিকপা কায়াংশিংতুদা মুংশিং শেংলক্তুনা অপিকপা কায়াংশিংদা মুংশিংনা চংশিন্দুনা লৈবা মরম্না য়াগী শরুক সেম্বদসু রাংহল্লি, অমসুং য়াগী লায়নাসু পোকলকই ॥

য়া হায়বসি সরূ মখল অমনি। মসি শুনুগী কাংলুপ মখল (calcium salts) অমনা শাবনি, মসি য়াম্না ফমজিনগনবা (gelatin)

পোংতানি। য়া খুদিংমক অঙোবা অরংবনা য়াগী মথক্তা য়োমশিল্লি। য়া হায়বসি হকচাংগী অমদি মীয়োয়বগী লৈতেংশু য়োইবা ছুংগুম্মা



১। লুহুপ্ (crown) ২। য়াথক্কী সরু (অরংবা) (Enamel) ৩। য়াগী অখোংপা শকক (pulp cavity) ৪। য়াঙী-য়াগী মরু (Fang or root) ৫। য়াগী মথরাং (মঙক) (Neck of tooth) ৬। য়া (Dentine) ৭। য়াগী ঈনাং (Coating of cement)

কল্লবা মখল অমনি। মসি য়াম্না কল্লি অমস্তুং নাল্লি। য়া (dentin) হায়বসি যাম্না ফজনা থমগদবনি। মসিগী মরুদা (য়াঙীদা) শৌজিন্নফম লৈ। অসিগুম্বা শৌজিন্নফমগী কায়াংসিদা কোক্তগী লাকপা *মালংখোং অমস্তুং * খাখোং (ঈশিকখোং) অনিনা চংশিন্নুনা শন্দোক্লা লৈ। মসিগী *খাখোং (ঈশিকখোং) অমস্তুং মালংখোং অনিনিসিবু য়ানা শাইরগা মহাউ লৌনবা কায়াং (tooth pulp) য়োইনা লৈ॥

ঐখোয়না চাব হায়বসি পুন্সি অমদি থরাইবু য়োক্লবগীদমক্তি। য়ানা শায়বগা চাব নংতনা পোংকী মহাউ শেংনা খংবা ঙমদে। অমনা য়ানা তোয়না শায়রগা চারবদি পোংকী মহাউস্তু খংই। মুবা তুমহন্নবগী মতেংস্তু পাঙই। মরমসিনা কব্রিগুম্বা পোং চাব খুদিংদা ফজনা মুম্না শায়হনা তোইহল্লগা চাগদবনি। ঐখোয়না পোং চারবা মতুংদা য়ারক্তা পোংকী মকুম থরগি পক্তুনা লৈহোই। মতুবু পশিং

* মালংখোং :— মুংশিং লৈবা খোং। *খাখোং :— ঈশিংগী খোং।
* ঈশিকখোং : ঈ: চেনফম খোং (শিংলী)।

মত্রগা করিগুম্বা অপিকপা পোং অমনা থিন্দোক্তুনা অমোংপা লৈহল্লোয়দবনি। করিগুম্বা পোং খরত্তা চারবস্তু, মহু হেক চাব লোয়বগা চীন শেংনা তেংথোক্তুনা য়াখোং অমম্সুং য়াবু সেংনা থমগদবনি। মহু নত্রবদি চাখ্রিবা পোংশিং অহুনা য়াখোংদা লৈরগা মতম খরগী মতুংদা চাব তুমদনবগী মহী অমা থোক্লক্কুনা মুংশিংকী শরুক য়াম্না পোকহল্লি। য়াখোংদা ফংতবা অমোংপা পোংশিংনা নপশিন্দুনা লৈরগা য়াগী কুরাংপান (enamal) অসিনা তপ্না-তপ্না ফংতবা লোক্তুম্বা অনাংবা ল্লোইরকই। অহুগা থুনস্তু তেকই; মহুনা য়াদা তীলথুলগুম্বা অহোবা লৈরকই। য়া হায়বসি য়াম্না কল্লি অমম্সুং থোংলি। য়াদা মুংশিংনা তোইনা য়ৈহন্দুনা নিংশা হোনবদা য়ারোমদা শান্নরবস্তু য়া পুল্লিদে থুনা তেকই।।

## তোংসা (Mastification)

মসিনা অকনবা তোংসা ল্লোইনা লৈ। শায়নবা তোংসা (Measentery Muscle) অসিনচিংবা পোপা অনি লৈ, অমম্সুং তোইহন্নবা তোংসা (Digastic muscle) অসিনচিংবগী মতেংনা মমুংদা চংহনথি। মালেমদগী থোকলিবা উহৈ-ল্লাহৈ; মনা-মশিং পুম্নমকপু য়াপংনা শায়হুনা (Grins) তোয়হল্লগা চাকখাউদা চংহন্নবগী মতেং ফংহল্লি। মুংশিংকী থোঙ (Afferent) হায়বসি নিংগোঙ সরুগস্তু মরী লৈনহন্দুনা শায়বগী মতেং পাংবস্তু তৌই।।

**লৈয় (Tongue) :—** লৈয় হায়বসি মহাউ লৌনবগী মরু ল্লোইনা মহাক্লা মতেং পাংবা কায়াং অমনি। মসি লৈত্রবদি ঐখোয়না ল্লা ঙাংবস্তু ঙমলোয়। লৈয় হায়বসি মশা য়াম্না শেংবা "মশা খিংব" কায়াং অমনি, অহুনা মহাকসি ঙাইহাক্তা পোথাবা তৌদে। মশা খিংনা লৈবা মরম্না লৈয়গী মচুসি ফজনা লৈ, অহুগা হকচাং সেংদবা মীল্লোয়শিংদি লৈয়গী মচুসি অরেম্বা লৈতে। চাব থকপা অমদি ল্লা ঙাংবদা

লৈয়গী মতেং য়াম্না লৌই। লৈয় অসি সন্না য়াউদবা সাতোং তোংসা মকল্ল রোইনা লৈ; অমসুং মহাক্কী মথকসিদ * খাখোংগী অমোংপদ্ লৈয়গী মথক্তা হেক-হেক লাক্লু্না থাগৎলকই॥

## ঙৌগী শাইজোল অমসুং খোনাউ (Uvula)

ঙৌ অমসুং য়াখোং:— য়াড়ী হায়বসি অথোংপা ঙৌপাক্কী (soft palate) মনুং থংবদা ইকোয়-কোয়না চোম্থনা লৈ॥ হকচাং শারকপা অহানবা হৌবা শরুক্তি 'মরু' কোকনি। কোক্কী সন্নগী মফমদা নাকোং, নাতোন, মীৎ, খোনাউ, অমদি চীলনচিংবা কায়াং ময়াম লৈ; মসিগী মনুংদা *রাকোনপুঙ্ অমদি * ইমুংরাকোন ফমপালদা (খোপতা) * মালংখোংনচিংবা মুংশিৎ পুবা শিংলীশিংনা হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা শন্দোক্লুনা হকচাং ময়াই থংবা শরুক্তা পুন্সিন্নে।

## হকচাং (ময়াইথংবা শরুক) Body

হকচাংগী মর্থক্তা কোকনি অমসুং মসিগী মতাইদা খুৎ-খোঙ্ পোপা অনি-অনি লৈ; মসিগী ময়াই থংবা শরুকপু 'হকচাং' ময়াই থংবা শরুক— হক্ মউ কৌই। মসিবু ইংরাজীদা "Body or trunk" হায়না কৌই। খোঙ্ খুৎ অনিগী তোঙান্না অমুক ইজরক্কে॥

## হক (Body)

চরমদগী নিংগোঙ্ ফাউবসি, মরু রোইবা হকচাংগী শরুক্কি। মসিবু হক নত্রগা মউ ( Body or trunk ) হায়না কৌই। হাইরিবা মউ

---

* রাকোনপুঙ:— রাখল থোকফম কায়াং॥ * ইমুং রাকোন ফমপাল:— রাখলগী থেংফম॥ মালংখোং:— মুংশিৎ পুবা শিংলী॥
* ল্লেল্:— অথোইবা সন্না॥ * লুউ:— কোক্॥

অসিগী মথক্তা (লু়েল্) লউ, (কাক) লৈ। মসিদগী হায়দোকখিবা মশা মরেংশিং লৈ। মথুদি খুৎ অনি, অমসুং খোঙ অনি অসিসু হকচাংগী শরুকনি। মসি পুম্নমক্না শুপনা হায়রবদি লাংপুম অমা হায়না কৌই। (মথুদি শক্তম ১৪, শুবসিদা য়েংসি) মসিবু লাংপুমদগী মচেৎ খাইদোক্লকপনি॥




সরু ৫৪, অসিনা মউগী শরুকসি সেমই। মথুদি :— (ক) ঙকশমদগী লাকলিবা য়াঙগী সরুনা ২৬ নি; (খ) থবাক্কী নিংদোন সরুনা ১ নি; (গ) হুমদাং সরুনা ২৪নি: (ঘ) নিংগোং সরু ২, অমসুং কোঙলোগী সরু ১, অসিনি॥

ঙকশমগী মখা হায়থরকপা শরুক্তা নিংগোঙ ফাউবগীময়াইমক্তদা লৈরিবা অশাংবসিনা য়াঙগী সরুনি, মসিবু *য়াঙ-লেল সরু (য়াঙ) (spine or back bone) হায়না কৌই। মসি হকচাংগী মরোং সেম্নবা *য়াঙপী হায়নসু কৌই; মসিগী মথক্তা কোক শমজিল্লি। য়াঙলেল সরু হায়বসি সরু অমখক্না সেম্বা নৎতে। মসিদা পিক্ল-পিক্লবা সরু ২৬ না লিক লেংবগুম্না পরেং শাথুনা লৈ। হায়রিবা য়াঙলেল সরু অসিগী নিংগোংলোমদা অরোইববু "য়াংশম" (coccyx) কৌই। নিংগোং সরু (sacrum) অসিগী অরোইবদা কোংলৌ-সরু (coccyx bone) কৌই। মসিদি সরু ৫না শাবনি। হায়রিবা সরুশিং অসি "অহল-অঙাং" মশিং চপ মান্নৈ। হায়রিবসিগী য়াঙলেল সরুসি মতেক্ ময়াম্না শমজিন্নরগা শক্তম অমা য়োয়না উহল্লি। অসুম্না শমজিন্নবা অমগা-অমগা তাইনফম্বু তাংশম কৌই। মতাংশিং অসিনা অমগী মথক্তা অমা লোনশিন্নথুনা লৈ॥

তাকপামশিং চুশিনবগীদমক সন্না তাংককশিংগী ময়াইদা কোংলৌ মচি অময়ম লৈ। মতৌ অম্তুন্না য়াঙ,গী সন্নাশিংনা অমগা-অমগা চুশিনহনা খোং-লীশিংনা মকম চানা চেনশিন্দুনা ৎবক তৌমিন্নৈ। অসিগুম্বা খোং অসিনা য়াঙগী ময়াইদা লৈহনা অশেংবা মুংশিং মচী রোয়ববু পুশিন্নী।



মসিদা নিংশাগী কান্নাং, খোরী উতোং, থবোম্বী, থমোঙ্গ-.চোং, চাকথাউ, য়েংলোমদা ফীরাক, য়োইরোমদা পৈই, ঈশিংগী কান্নাং, পুক্লিন, অসিনচিংবা চাউরাকপা থংনবা য়েক্তনা উংজি ॥

অতুগা য়াঙ,গী সন্না খুদিংগী মশা অহুম অহুম লোংই। মতুদি ময়াইদা অমা, নাকল্ নাকলদা অমমম্ থিন্দোকই, য়াঙ,গী সন্না খুদিংমক

মখায়োমদা, মথক্তগী নোয়তক্লা খরা-খরা হেন্থহুনা লৈ। অশাংবা য়াঙ্-লেন সরুসি মতেক কয়ামুক্লা শমজিন্নবা য়াঙসম, সরু ৱোয়হল্লি। মরমসিনা হকচাংগী ফীভম * (ফিগৈ) চুন্না নাম্থোক্লদনা চুংশিন্নহুনা লৈহল্লি॥ য়াঙলেন সরুসি মখা থংবা শরুক্তগী মথক্কী শরুক্লা চাউবা হেল্লি, অমসুং কল্লি, মরমদি হকচাংগী অরুম্বা শরুকসি মহাক্লা মপুঙ ৱোয়না পুবা মরম্না মহাকসি চোকশিন্না অমদি চাউনা লৈরিবনি॥

**য়াংলেন অমসুং খবাংগী শরু** (Loin bone or lumber vertebrae) হায়রিবা চিংথেক অহুম নাইবা সরু লৈরিবা অসিগী মথক থংবদা সরু মঙা লৈ। য়াঙগী সরু (back bones) ১২ নি। হায়রিবা সরুসি খ্বাংগী মথক্তা লৈবনি। ঙকশমগী সরু (nack bones) ৭ নি। মসিস্তু য়াঙগী সরু মথক্তা লৈ॥

ঙকশমগী ময়াই অসিদগী, থবাক্কী ময়াই মপামক্তদা শাংনা হকচাংগী ময়াইমক্তদা চুন্না পুক্কী মপাদা চংথহুনা লৈরিবসিবু থবাক্কী সরু নত্রগা নিংদোন সরু (Sternum or breast bones) অমদি থরক্কী সরু কৌই॥

**থজিন; নিংদোন সরু অমসুং হুমদাং সরু :—**

নিংদোন সরু হায়বসি অপাবা অমসুং অথোংপা সরুনি। মসিনা থবাক্কী ময়াইমক্তদা লৈ। মসিগী মতোনবু থজিন নিংদোন সরু কৌই; মহাকসি য়াম্না নৌই, মসিগা মথক্কী চরম-উতোংগা চুশিন্নহুনা য়েংলোম-ৱোয়রোম অনিদা লৈ। থবাক্কী সরুসিগী নাকল অনিমক্তা সাংনা-সাংনা সরু ২৪ লৈ; মথোয়সিবু হুমদাং সরু নত্রগা, থবাক্কী সরু পোলাং হায়না কৌই। মসিগী হুমদাং সরুসিনা অমুক তুংলোমগী, য়াঙশম সরুদগী কোনসিন্দুনা থবাক্কী সরুগা শমজিন্নৈ। হায়রিবা সরুশিংসি মৱোং ইমান মান্নদে, য়েং-ৱোই অনিগী পুন্না ২৪ নি; নাকল, অমদা সরু ১২ লৈ; মাগী-মাগী

* ফিগৈ :— অসেংবা শক্তম॥

পোপা অনি-অনিসি শাংবা, চাউবা; লুম্বা মান্নবা লৈ। অদুগা মথক অমস্তুং মখা পুন্না হাপচিল্লবদি নাকল অমদা সন্ন ১৪ নি; মসিগী তং- খাইনা হুমদাং সন্ন অশাংবা ৭ নি, অদুগা লেমহৌরিবা সন্ন অনিস্তু হুমদাং সন্নগী মন্নুংদি চল্লবস্নু মমিংদি তোঙাল্লা লৈ; মতুদি মখা ইথং থংবা অকোইবা সন্ননা নাকতোন সব্ব হায়না কৌই; অদুগা মথক ইথং-থংনা লৈরিবা সন্নসিনা চগোৎ সন্ন কৌই॥

হুমদাংগী — সন্ন পোলাং অসি পোপা অনি অনিনা পাদম মান্নবা মপা-মপা চাননা লৈ; মসিবু অপুনবা রোইনা ব্রাহৈ অমৎতদা খংনবা সব্ব পোলাং নত্রগা হুমদাং সন্ন হায়না কৌ'ন। হায়বিবা সন্নসি * "লেংকোৎ" (লিক) সব্বগী মখাদা লৈবশিং অসিনি। য়াঙশমগী মাইকৈদা সন্ন ১২ না মতাই থংনা লৈ। থবাক্কী সব্ব পোলাংনা য়াঙশমগী সন্ন পরেংগা চুশিন্নবা লৈ। মসিনা কোম্বোক কোন্সিন যাদবা তাংশমনি। মরমসিনা থবাক্কী সন্ন পোলাংশিংনা পুক্কী মথক অমস্তুং মখা অনিমক ঙাক্তুনা থমই। হায়বিবা সন্ন পোলাং অসিগী মন্নাইদা অথোৎপা সাতোংশিংনা থন্না লৈ। মসিদি মখল অমগী সাতোং * (তোংসানি) মহাকসি মসা মথন্তগী পাংগলনা লেংবা-হায়বা ঙমদে। মথোয়তুদি নিংশা অমস্তুং মুংশিং * (হুমলেল-হামলেল) লৌনবা, মতমদা মুংশিং *(হুমলেলনা) পুশিল্লকপা মতমদা থবাক্কী সন্নসি ফন্দোকই; অদুগা তোংসাগী মত্তেংনা মপান্দা নিংশাবু * (হামলেলবু) পুথোকপা মতমদা অমুক চপশিল্লী॥

মতৌ অস্নুমতৌনা য়াঙগী সন্নদা— থবাক্কী সব্ব অমদি সন্ন পোলাংনা চুংশিন্নতুনা থবাক্কী সন্নগী (Thorax) মরোং সেমই॥

---

* লেংকোৎ :— ঙকশমগী অমদি লেংজুমগী অকোনবা সব্ব
* তোংসা :— হকচাংগী অকনবা মতোং।
* হুমলেল্ :— নিংশা হোনজিনবা॥
* হামলেল্ :- নিংশা হোন্দোকপা॥

পোপা সরু (Pelvis) :— অয়াম্বা হকচাংগী (য়াঙগী) নাকল অনিদা পোপা অনি-অনিনা চাং মান্নবা লৈ; য়াঙগী সরুনা হায়রিবা নাকল অনিগী, পুরিবসিবু য়াঙ্লেল লূজাউ হায়না খংনৈ। অসিগুম্লবা সরু অনিসিবু "নিংগোঙগী * লূলেল" (ossa inominata) কৌই। খ্বাংগী অসিগুম্বা সরুশিং অমস্নুং *য়াঙ্লেল সরুগী থংনবদা লৈরিবা মশুং অহুম অসিনা চুমিত্রিং চুম্না সরু মতাং মরিনা শৌজিন্নহুনা লেঙদনা (immovable bones) লৈরগা হকচাংগী য়ুম্ফম অসি য়োইহল্লি।




১। খরাং সরু (Vertebral, column)
২। কোংলো সরু (Hip-bone)
৩। নিংগোঙ সরু (Sacrum)
৪। নিংগোঙ সরু মতোন (Coccyx)
৫। ফৈরুগী কোম (Acetobulum)

অসিগুম্বা লেংদবা কাংলুপ্প অনি-অনিনা পোপা য়োয়হুনা লৈ। মসিগী সরু মরিগী মতৌগুম্না মখাদা লৈবা উই; মহুদি মাগী লৈফমগী মতুং ইন্না মীয়োইবগীদা নংতনা কোংলো সরুসি মনিং য়াউদবা চফুগুম্না (bottomless cup) লৈ হায়রিবা নিং মতোনগী সরু মতোন অহুমসি য়াম্না ফজনা চাং মান্ননা চুশিন্ননা লৈ। মসিগী মথক থংবা সরুগী মমিংবু "নিংগোঙ সরু" (ilium) কৌই। তুংলোমগী মখা থংবা সরুগী মমিংবু "কোঙলো সরু" (চুশিন্নবা) (pubes) হায়না কৌই। সরুশিংগী মথক্তা হায়রিবা মচীন অহুম নাইবা অসিনা অমংতা য়োয়না পুন্সিন্নহল্লিবা সরু মচাশিংসিগী মমিংদি থোন্দে, মিং থোন্দবা সরু মচাশিংনা (ossa innominate) লূলেলশিংদা নপাশিন্নহুনা সেম্বনি। তৌইগুম্বসুং মীয়োইবগী শক্তম লেপ্পবগীময়োংসি অশুম্না সেমজিন-শাজিনহুনা

ব্রোয়হল্লিবনি। মথক্কী সরুগা "লাংপুম" অমা ব্রোইনা লূলেলশিং অত্থদা তাইশিন্নহৃনা মীব্রোয়বগী লাংপুম অমা লেপলিবনি।।

মালেমগী শক্তমগুম্না সরূ ময়াম্না মরুব্রোইনা য়োমশিল্লগা নিংশাগী উতোংনচিংবা ঙকশমদগী মতোংগী শরুক্কা মফম খুদিংমক থম্না য়োম-শিন্দুনা লৈ। মসিগী সরুশিং অসিবু মকুব্রোইবা লূলেল সরূ (Hyoid bone) কৌই।।

ঐখোইগী হকচাংদা তোঙান-তোঙানবা মকুব্রোইবা কাযাৎ তরেৎ লৈ। মতুদি—থমোয়গী (চোংথী) কাযাৎ— মসিনা হকচাংগী ঈঃ বু শিন-থুংনা শন্দোকহল্লি। থবোম্বী-(হুমাঈ)গী কায়াৎ—মসিনা মরম রোয়হৃনা নিংশাবু চিংখোক-চিংশিন তৌই। পুক্লিন লিনথুপ – অসিনা মসিদগী থেক্লা-খোয়না লৈহৃনা মহাকসিনা তুমহন্নবগী মতেং পাংবা কায়াৎনি। মশিংখা—মসিনা মঙোন্দগী অশাবা ঈনিলগী শরুক অমদি চাঙ্গাকশিংবু পথহন্নবগা থবক্তা মতেং পাংবগী থবক তৌই। ফীবাক্কী কায়াৎ মসিনা মশিংখাদা, মহাউ তরুক্তগী লৌশিল্লিব মৈগী শরুকপু লাইখোংনা ব্রাৎতনবা পিশিনফমনি পৈইগী কায়াৎ মসিনা ঈঃবু অতং অশা চাং নাইনা থম্নবা কায়াৎ অমনি। অম্বুম্না লৈবদগী মীব্রোয়বগী হকচাংবু হিংহল্লি। মসিদগী অমুক, ফম্বীকোনগী কায়াৎ হাপচিল্লগা তরেৎ শুনবদি মথংগী ফম্বীকোনগী মতাংদা ইজরক্কে।।

অম্বুম্না তাইবংপানববু থব্রাই লৈনা পানঙমলিবা অসি মকুরে ইবা হকচাংগী কায়াৎশিং অসিনা লেঙ্‌না-খোযনা হীংলিবনি। মসিদগী অমুক তোঙানবা কায়াৎশিংসু লৈখ্রবনি। মতুদি মীৎ, নাকোঙ, মীহুনফম, খোঙ, খুৎ, অসিনচিংবা কায়াৎশিংনা তোঙান-তোঙানবগী মরমসু মথক্তা পনজখ্রে। তোঙানবা হকচাংগী কায়াংশিং অসিনা মাগী মাগী মথৌসু অমা মম পাঙথোক্লহৃনা লৈবা মরম্না হকচাংবু মুঙাই-য়াইফনা লৈহললিবনি। তেংপানবসিদা তাইবংগী য়েক্রবশিংনা খোঙথাং খুদিংগী

য়েংশিন্দুনা লৈরিবনি। মতুদি ঐনা ঐগী তুম্বা চাবা থকপনচিংবদা মতম চাদনা, অমদি থবক শুবদা চরাম-চতংননা কা হেন্না শুবনচিংবা তৌরবদি, হকচাংদা অনাব লাকই। মসিদ নংতনা, লমচং শাচংতন্থু অহু মঙায়। মীওান্দা অকায়বা থবক তৌরুরবদি মীহুনা নংবু শিংনবা (য়েরুবা) লাক্কদবনি; মরমসিনা মীগী মতেংবু ওম্বমখৈ পাঙনবা হোৎনবনা অফবা পুন্সিনি। মতৌ অস্তুম্না হকচাংদা লৈরিবা কায়াংশিং অসিনা অনাবগী মহীকশিংনা নত্রগা ফৎতবা নুংশিংনা হেন্না হকচাংদা অল্লাবা পিরকপদা হকচাংগী কায়াংশিংনা ডাকথোক্লবা হোৎনৈ ॥

করিগুম্বা * হুমলেল-হামলেলগী * কায়াংসিনা মথৌ তৌদনা লেপখিবা থোক্লবদি, থমোই (চোং) অমদি অতোপ্পা মরুয়োইবা কায়াং-শিংস্তু তপ্পা-তপ্পা অস্তুম নেমথরক্তুনা লেপখি। মসিদগী অস্তুম শিব হায়বত্থু য়োইরিবনি। অত্থুগা চয়োল অমা ফাউবা থী ফাইত্রবদি চানিং-থকনিংবা পোক্তুনা চাখিবা পোংশিংগী তুম্বগী থবক্তা চক্রী থাংবগী থবক লাকই, অমস্তুং ফীরাক অমদি থমোই চোংলকই মসিদগী কোক ডাউরকই অমস্তুং হকচাং পুম্নমক চোকথরকই। হকচাংগী মরুয়োইবা কায়াং তরুক্কী মরমদি মথক্তা চাইরাক্লা ইথোকচপ্রে। মথংদা অমুক য়েংলসি।

ঐখোয়গী হকচাং পোলাং (লাং) অসি শরুক অনি থোক্লা খাইদোকই। ১। মথক্কী শরুক্লা থবাকনি thorax or chest); ২। মখাগী শরুক্লা (থীপোঙ-থীলীল) থীবোং-থীরীল নত্রগা পুকলিল লিনশাং (abdomen) অসিনি ॥

## পুক অমদি থবাক

**থবাক্কী শরুক্তা** ঃ— (ক) থমোই (চোং), (খ) থবোম্বী, (গ) হুংশিং-নিংশাগী খোং (হুমলেল-হামলেলগীখোং), (ঘ) চরম উতোং, (ঙ ফীরাক, (চ) মশিংখা, ছ. পৈই, (জ) চাকথাউ, অসিনচিংবা লৈ।

---

* হুমলেল-হামলেল * ঃ— নিংশা হোন্দোক-হোনজিন।

**থমোই চোং (Heart) :**—থমোই হায়বসি য়েংবদা হৈমোগী মরোং য়ান্না মাল্লি। মসি খুৎতুম অমদগী হেন্না চাউরিবনি, থমোয় হায়বসি চাউরাক্লা অতুকী মতীক চাউবা অমসুং পিকপা লৈ। মরমদি মীরোয়-মীরোয়দগী মতুং ইল্লি। মসি থবাকী মনুংদা নিংদোন সরুগী (Sternum), মখাগী মাইকৈদা রোইরোমদা থরা চংশিল্লপা, থবোম্বী অনিগী ময়াইদা লৈ। মসিগী মথক্তা য়েৎলোমদা শিংলী অচৌবশিং অমসুং মখাগী রোইরোমদা শিংলী অচৌবশিংগী মাইকৈদা অরংবা শুন্নুগী



(মসিদা য়েক্লিবা তেনচৈগী মচীল অসিনা ঈংগী ঈংচেলবু তাকলি।)

য়েৎকী কাখল—রোয়গী কাখল
(Right ventricle) (Left ventricle)

শরুক য়াউনা লৈ। মসিগী মথক্কী শরুক মখাগী শরুক্তা চৎলিবা শিংলীশিং অসি খ্বায়দগী চাউবনি। মসিগী ময়াইদা কাখল অনিনা তেংগোংকী মতোগুন্না চাউনা লৈবা খোং ময়ামগী পুন্সিনফম রোইবা, লোক্তাকুম্বা মফম অননি। মসিবু "থমোয়গী কুয়োম" (Pericardium) হায়না কৌই। অসিগুম্বা থমোয়গী কুয়োমসিদগী মথা মথল

অমা থোক্লকই, মসিদগী থমোয়গী মথক্তা লৈরিবসিনা সেংনা নাক্লা লৈহল্লিবনি। (শক্তম ১৭ সিদা য়েংসি)॥

মসিদা থমোয়, কায়াংকী শরুক; মমুংগী শক্তম উংলি। (শক্তম ১৮, শুবসিদা য়েংসি)। (Hollow and pear shaped)। ঐখোয়গী লমদমসিদা লৈরিবা মুপাশিংগী থমোয়গীদা লৈরিবা ঈংগী চাংসি চাউরাক্লা কাংকল ১৮, দগী ২২, ফাউবা (9 to 11, ounce) য়োইগনি; অদুগা মুপীশিংগীনা চাউরাক্লা কাংকল ১৬ তগী ১৮, ফাউবা (8 to 9 ounce) য়োয়গনি। মসি য়াম্না অখোংপা, অইংবা তোংশিংনা কাখল মরিথোক্লা খাজিন্দুনা লৈ। মসিগী মরোংদি মথক-মখা, য়েং অমসুং য়োয়গী মনাক-মনাক্তা 'কাখল'' (Chamber) মরি লৈ। মথক্কী নাকল অনিমক্কীদ লৈরিবসিনা * 'য়াব-চেংঙাচা'' কৌবনা য়েং য়োয় অনিমক্তা চংথোক চংশিন তৌনবা লেঙহল্লিবা অসিগুম্বা থমোয়গী কায়াং নত্রগা ঈংপুন লৈফম (খোং মরুগী মথক-auricles) অসিবু *''য়াব-চেংঙাচা'' হায়না কৌই। মখাগী কাখল অনিমক্কী— য়েং-য়োয়গী মনাক-মনাক্তা লৈবসিনা, ঈং তুংফম খা-থংবা কাখল 'চোং'গী কায়াং অচৌবা (ventricle) কৌই॥

মথক থংবা থমোয়গী কাখল অমসুং মখাগী অচৌবা কাখল (auricles & ventricles) অনি অসিদা ঈং লাকপশিংবু চংব য়ানবা মখুল অমা-মম লৈ। অসিগুম্বা মখুলশিং অসিদা কোনখুমগুম্বা ঈংবু চংলকপদা য়াবা থোকখিবদি য়াদবা মখুম (valve) পাল্লি। হায়রিবা মখুমশিং অসি নাকল অমত্তমক হাংবা য়াবনি; মরমদি মথক থংবা থমোয়গী কা অচৌবসিনা ঈং কাপশিনবা ঙমদে। করিগীনো হায়রবদি—হায়রিবা মখুম নত্রগা থোঙ অসি থমোইনা মোমলকপদা; পিকশিল্লকপা মতমদা মখুমদু খুমহনা ঈং অসি কাপথোকই। য়েংলোম

* য়াব-চেংঙাচা :— য়াইবীলেল শিদবা॥

থংবা নাকলদা মথুম অহুম লৈ। মথুম অহুমসি খোং অহুমগী মথুমনি। মসিবু ঈরোঙ অহুমগী খোং কৌই (tricuspid valve) ৱোইরোম থংবগী নাকলদা মথুম অনি লৈ, মথুম অনিসিগী খোং অনি লৈ; মসিগী মমিংবু 'ঈরোঙ' (bicuspid valve) কৌই। য়েৎলোম থংবা নাকল, ৱোয়রোম থংবা নাকল অনিমক্তি তোঙান্না লৈনৈ।

মরমসিনা য়েৎলোম ৱোয়রোম অনিগী মীহুন য়েংলবদি তোঙান-তোঙান য়েংগদবনি কুপশিন্না থংডো। শিংলীদি থাগ থক্না কারন্নবনে, চুমচৎনবা শিংলীস্থ লৈবনে, শিংলী মচৎ অহুমনে। মরমসিনা ঈংগী খোংনা অচেনবা মায়কৈদা চেল্লিবনি ঈঃ হনজিন্না চেল্লবদি ঈলিকথাউশিং অহু কায়হুনা অনাবা লাকই নত্রগা শিখি।




১। ৱোয়গী শিংলী অচৌবা-খিঙ তারেং (Aorta)।
২। থবোম্বীগী শিংলী অচৌবা (pulmonary vein)।
৩। থবোম্বীগী শিংলী মচা (pulmonary artery)।
৪। ৱোয়গী থবোর (চোং) কাখল (Left auricle)।
৫। ৱোয়গী শিংলী অচৌবা (Left ventricle)।

হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা ঈংনা শিন থুংনা শন্দোক্লা চৎহন্নবগী মরুৱোয়বা কায়াৎতি * "চোংনি"। তাইবং-মীয়োয়বনা চাউখোক্লা হীংলিবস্থ মহাকসিননি। হায়রিবা মফমসি তরু-তনাননা লৈনবা, অসেংবা

* চোং :— থমোই।

ঈঃ য়োইহনগদবনি। অসিগুম্বা থোং মরুসিংদগী শিংলী মচাশিংদগী অমুক হন্না শিংলী অচৌবদা লাকই। হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা চংলুরিবা ঈঃ শেংদবশিং অহুবু অসেংবা ঈঃ য়োইনবগীদমক্তা চোংদা (Heart) তা অমুক থুংলৈ॥




১। য়োম্নগী শিংলী অচৌবা খিঙ তারেং (Aorta)।

২। লেনয়োম্নবা (অথোইবা) ঈঃ উতোং (Superior vena-cava)।

৩। থবোম্বীগী শিংলী মচা (Pulmonary artery)।

৪। য়েৎকী কাখল (Right auricle)।

৫। য়েৎকী শিংলী অচৌবা (Right ventricle)।

৬। মখাথংবা ঈঃ উতোং (Inferior venacava)।

পুন্নমক্তগী মরুয়োয়বা খোংগী মশিংবু *"খিঙ তারেং" য়াইপীলেল সিদবা (aorta) হায়না কৌয়ে। মসি খ্বাইদগী চাউবা অমসুং ময়াই লৈবা পাফল শিংলা) অচৌবনি। হায়রিবসি থমোইগী খোং মরুগী মথক্তা লৈবসিনা শিংলী মরোং ময়াম থোকখিত্না হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা শিনথুংনা মশা লীপুন কয়ানা শন্দোকনা লৈরিবনি। শক্তম ১৯, গী মথক্তা লৈরিবসিমু ঈরোং অহুমগী খোং (arteriales) কৌই॥

*খিঙতারেং :— খিঙ হায়বদি মহাক্কী ইন্নাই ইনিম্না থোকপা খোঙ্জেল, নত্রগা লেংহনবা; তারেং হায়বদি কোরৌ অঙানবগী মঙান-মতীক ময়াইবু থেমত্না লেংহনবনি॥

হকচাংদা চৎলিবা শিংলীশিংনা থমোইগা নক্লবদা থরা-থরা চাউবা হেল্লী অমসুং মফম অমৎতদগী লাক্লিবা অসিনা অমুক নাকল অনিমক্তা শিংলী অচৌবগা শমজিন্নতুনা য়েৎ থংবা থমোয়গী কাদ অমুক য়োরকই। মসিনা কোক অমদি হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা চৎলিবা অকুপ্পা শিংলী-শিংসি অচৌবা শিংলীদগী শন্দোকলিবনি, মতুদি ঈঃ উতোং অচৌবা 'খোং' (Superior venacava) অমসুং মখাগী ঈঃ উতোং অচৌবা 'খোং' (Inferior venacava) অম্নুন্না লৈ।

**ঈঃগী ঈচেল :—** হকচাং মন্নুংদা চেল্লিবা ঈঃগী ঈচেলসিগী মরোং অসি য়াম্না অঙকপগী মরোংনি। ঐখোয়গী হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা ঈঃ লৈ। হকচাংবু লেং-হায়বা য়াননবগীদমক ঈলিকশিংনা রোইহল্লি। ঈঃ হায়বসি হকচাংগী মরুরোইবা পোৎচং অমনি। মসিদগী সন্না, মরেক, মহাউ, তোং, মালং ঈপুঙ্ ফম্বী, উস্না, অসিনচিংবা হকচাংগী চংগদবা পোৎ পুন্নমক ঈদগী রোইহল্লকই অমসুং ঈঃনা সেম-লিবনি। শম অমসুং টুহাউশিংদি ঈঃগী ঈচেল য়োদে, মসিদি 'মালংখোংনা' পুবা মফমদগী মনিলনা রোইহল্লি। হকচাংগী অসিগুম্বা ঈনাংশিং অসি রাৎলবদি, ঈঃ দগী অতুগুম্বা অরাংপা মফমশিং অতুদা হাপচিল্লি। ফৎতবা অমসুং অরাবা থৌরোং রোইগদবা পোৎশিংবু হকচাংদগী লৌথোক্লবা তৌরিবসু মহাক্কী মথৌনি। মথক্তা পনজরিবা ঈঃ গী খোং মরুদগী * "চোংদগী" থোকখিদুনা হকচাংগী কায়াৎ খুদিং-মক্তা চৎতুনা "ফৎতবা অমোৎপশিংবু সেংদোক্লুরগা" *'চোংদা" অমুক চৎশিল্লকই। মতৌ অম্নুন্না শেংদবা ঈঃ শিংগী ফৎতবশিংবু ঈচেন্না হন্না-হন্না শেংদোকতুনা মহাক্না থমোয়দগী *(চোংদগী) চেম্থোকহন্দুনা ফৎতবশিংবু

---

* য়াইপীলেল :— য়াই হায়বদি অতৎ অথম লৈতবা অরোইব নাইদব,
* পীলেল :— হায়বদি অথোইব অফববু রোইহল্লিবা অরাংপা লৈতনা পিশিল্লিববুনি ।।

শংদ্রিমখৈ চেংস্থাক-চেনশিন তৌহল্লি। মতৌ অমুম্না ঈঃ 'সিনা উরু-উরু লৈহৎনা চেলহল্লি। ঈঃ না মতম অদুদা চোংদগী মপান্‌গী শিংলী-শিংদা অমুক চেস্থোকই। অদুগুম্বা মতমদুদা চুশিন্নবগীদমক্তা মহাক্না মচুনা লংনা-ঙাংদুনা লৈরকই। মদুনা মতমদুদা মহাক্না থমোয়দা *(চোংদা) অমুক হনজিল্লকই। হকচাংবু শেংদোক্লবা ঈশিংগুম্বা অমোৎপা শরুক্-শিংগা তিন্নরবদি ঈঃ গী মচু মুরৈনবা মচু ল্লোইনা লৈ। হকচাংগী 'মপানথংবদা চেল্লিবা ঈঃ অসিনা শেংদবনি," মসিনা * ঈঃ উতোং (খোং) (Superior venava) অসিদগীনি; অদুগা মন্নুংদা চেল্লিবা অশেংবা ঈঃ অসিনা "মখাগী ঈঃ উতোং অচৌবা (খোং)" (Inferior venacava) অসিদগীনি। মসিনা থেৎ থংবগী চোংগী কাখলদা (Right auricle) চংশিনখি (— হায়বদি, য়েৎ থংবসিনা * লাইনিংথৌগী * শক্তমগী মতিক ময়াইদু উৎলি। মতমদুদা য়েংকী মথক্তা লৈবা চোংগী কাখলদ সেংদবা ঈঃশিংনা থন্না হানজিল্লকই, অদুগা মহাক্না অমুক কাপথোক-খিনবা তৌই মসিনা কাপথোক্লকপা মতমদা মদুগী মখাদা লৈরিবা "ঈরোং অহুম ফাংবগী" (tricuspid valve) কোনখুম অহুম্‌মক খুমদুনা থীংখি। অসিগুম্বা মখুম অসিনা অমুক মথোং হাংদুনা অরাৎপা ঈঃ হায়বদি "য়েৎ থংবগী *চোংগী" কাখলনা ঈঃ অসিবু হেক থনবগা মহাক্না অমুক থাদোক্লবা তৌই। মসিগী মথক্তা লৈরিবা মখুম অহুমসিনা খা থংবা †'চোংদা' ঈঃ চংলকপা মতমদা অমুক থিংজিল্লি। মরমসিনা ঈঃনা চেনবা মতমদা হন্দোক-হনজিন চেনবা য়াহন্দ্রিবনি। মরম ঃ— অচেনবা মাইকৈদা চেল্লিবনি। হায়য়িবা মতমসিদা কাখলশিং অসিনা মরম ল্লোইদুনা ঈঃগী খোংনা †থবোম্বীগী (হুমাইগী) খোংদা (pulmonary vein)

†চোং ঃ— থমোই ॥ † থবোম্বী ঃ— নিংশাগী হুমাই অনি ॥ †খল্লুই ঃ— চংজরুই ॥ † লাইনিংথৌ ঃ— য়েৎলোম থংবা ॥

ইনশিন্দুনা চংহল্লি। অসিগুম্বা † থবোম্বীগী খোং, অসি রোয় থংবা †থমোয়, চোং † কাখলদগী থোকখ্রগা খবা কোয়থোক্লা চংলুরগা থবোম্বীগী হুমাই অনিদা †'খল্লুই' অসিগুম্বা নাকল অনিদা লৈরিবা † থবোম্বীসিনা মখুমশিং অহুবু হাংদোকহল্লি। মহুগী মতুংদা ঈংবু য়াম্না থুনা থবোম্বীনা শিন থুংনা চৎহল্লি। অমনা রোয়রোম থংবসিনা † লাইলেলবীগী† শক্তম লৌহুনা মহাক্কী মতিকময়াইবু উৎলি। মসিনা ফংতবা ঈং অমুবশিংবু † থবোম্বীদা চংলুরগা শেংদবা ঈংবু অমুক হন্না শেংদোকহন্দুনা অঙাংব মচু রোইহল্লি॥

থবোম্বীদা শেংদোক্লবা ঈংনা †হুনাইগী শিংলী (pulmonary veins) খোং ৪না—(মরিনা) মরম রোইহুনা রোইগী 'চোং' কাখলদা (left auricle) চংখি। মসিনা ঈংবু হেক থনবগা অমুক থাদোক-খিবনি। মতমহুদা ঈংসিনা থন্না হানজিল্লকপদা রোয়বোমগী 'চোং' মখা থংবদা লৈরিবা ঈরোং অনিগী কাখলদা থাদখি, ঈংহুনা হেক থনবগা রোইগী †চোংগী কাখলনা অমুক থাদোকখিনবা তৌই। হায়রিবা মথক্কী খোংদা কোনখুম অনিহুনা ঈংহু কাপথোকখিবগা মহাক্না অমুক থিংজল্লি। মরমসিনা মথকলোমদা চংখিবশিংবু অমুক হল্লকপা য়াদ্রিবনি। অসিগুম্বা কাখলসিনা মরম রোইহুনা ঈংগী খোং **খিঙ তারেং** (য়াই-**পীলেল) অসিনা তেংপানবগী মতৌ লৌরিবা** (Aorta) **য়াই অসিনা চেঙ্খোকহল্লিবনি।** হকচাংগী মফম পুন্নমক্তা শন্দোকলিবা খিঙ তারেং (য়াইপীলেল) অসিদগী মশা-মরেং কয়ামুক অস্নুম মথং-মথং রোইনা শন্দোকই, মসিগী মথংদা শিংলী মরোং কয়ামুক লোংথোকই। মথং অরোইবদা শমগুম্না কুপ্প-কুপ্পবশিংনা হকচাং পুন্নমক্তা শন্না লৈ। অসিগুম্বা অকুপ্পা শিংলীশিংগী মমিংবু † মালংখোংগী শিংলী †(caplliary)

†লাইলেলবী :— রোয়রম থংবা॥ † চো :— থমোয়।
† মালংখোং :— মুংশিং পুবা শিংলী॥

কৌই। অসিগুম্বা †মালংগোং শিংলীশিংগী † মথক্তা উম্নানা য়াম্না পানা কুপ্তুনা লৈ: হাইরিবা উম্নাগী মথাদা ঈঃ অমদি ঈনাংশিং লৈ; ঈঃ অমসুং ঈনাংশিং অসিনা তোংশা শাবগী থবকসু ফজনা তৌই,— তোংশা শাব মতমদা ঈনাং অমদি মরোকশিংনা কুপশিল্লগা তোংশাবু চিংখৎলকই— মতৌ অসুম তৌদুনা মথক্তা ইজখ্রিবা ঈঃ অভাংবসিদা মোংলবদি, অশংবা মচু ৱোয়রকই। অসিগুম্বা ফৎতবা ঈঃ শিংবু †মালংখোংগী† শিংলীগা শম্নখিদুনা শিংলী মচাশিংদা চংশিনখি। মসিগী মতুংদা হায়রিবা শিংলীসিনা শেংদোকপা ভমহৌদ্রবদি শিংলী মচাশিংদগী অচৌবা শিংলীদা য়ৌখিদুনা † চোংদা † (Superior and inferior venacava) অমদি য়েৎ ৱোই অনিগী কাখলদা য়ৌবকই। মফমসিদগী অসিগুম্বা ফৎতবা ঈঃ অসিনা মখাগী চোংগী কাখলদা লাক্লগা মফমদুদগী থবোম্বীদা য়ৌহনখি। থবোম্বীনা অদুগুম্বা ফংতবা ঈংবু শেংদোকহল্লগা অমুক হন্না ৱোইগী নাকলদা চংসিলহল্লি। মতৌ অসুম্না ম সবু শেংদোকুনা ঈংগী খোং মরুদগী অমুক হকচাংগী মফমশিংদা শন্দোকই, এখোয়গী অসিগুম্নবা হকচাংসিদা পুন্সিচুপ্পা অহীংমুংখিল চুপ্পা খুদোং থীবশিংদগী ভাকথোক্লবসিগী মরু ৱোইবা কায়াৎশিংসিনা হোংনৈ। মতৌ অসুম্না মথক্তা পনজখিবা মুরৈনবা ঈংগী মতাংদসু; মতৌ করম্না শেংদোকপনো হায়বগী মরমসু পনজখ্রে। মসিগা মরোং মান্নো খনবীরবসু য়াই, মদুদি চাউরাকপা মরোং মান্নে॥

থমোয়গী (চোংগী ) কাখল অনিনা (auricales) অমতা ৱোয়না পুন্সিন্নরগা চোংগী মাইকৈ অনি-অনিনা খোং (ventricles) সেমদুনা ঈংবু মহাক্না নোমদুনা চেলহল্লি। অসিগুম্বা মতমসিদা খাথংবা চোংনা (ventricles) মাইকৈ অনিমক্তা শন্দোক্নুনা ঈংবু ইলায়লায়না শিনথুংনা চৎহল্লি মসিদগী 'চোংগী" নাকল অনিনা মরু ৱোইদুনা মঙোন্দা ঈঃ অদুবু থন্না হানজিল্লগা, থবোম্বীদা অমদি হকচাংগী অতোপ্পা

মফমশিংদা থাদোকখি, মতম অতুদা 'চোংগী' কা অনিসিনা মঙোন্দগী শন্দোকহন্দুনা থবোম্বী অমস্তুং অতোপ্পা মফমশিংগীদমক্ চৎহনখিবদা শিন-থুংনা য়েনবা ঙম্লিবনি। মসিগী অরোইবা ৱোইনা মতমসিদা পনজনিংবদি মথক থংবগী চোংগী কাখল অনিমক্না কাপখোকখিনবা "শিনথুংনা য়েন্নবা তৌই" মরমসিনা মসিবু য়াইপীলেল— হায়না কৌই। মতমতুদা মখাগী চোংগী কাখল অনিসিনা অমুক পিশিল্লক্কুনা মথক্কী চোংগী কাখলদা শন্দোকহল্লিবনি। মতৌ অম্মমতৌনা অরেপ্পা লৈতনা থমোয়গী




খোংসিনা ঈংবু চাংচৎ অমদা চৎহন্দুনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শিন থুংনা চৎহল্লি। মসিনা পুন্সিবু মীৎকুপ ময়াম্না শমথরক্কুনা পোখাবা লৈতনা চেন্দুনা চোকথবস্তু তৌহন্ত্রিবনি। চোংগী খোংদগী ঈংনা ইনথোকলকপগী ঈপোমতুনা শিংলী অচৌবশিংদা চৎলি, অসিগুম্বা চাংচৎ অসিনা থমোয়গী খোংসিদগী লাকপসিনা

মরম ৱোইতুনা শিংলী মচা অমদি শিংলা অচৌবশিংদা থুংলুই। মরমসিনা 'চোংগী' ঈথিলনা খোংগী মরীলদা চেলহল্লিবনি। অসিগুম্বা খোং নত্রগা শিংলীগী ঈথিল অসিনা খুৎতোন, খুজেং, খুংপীমরু, খুৎপাক ময়াই, সেগ্রাক, ঙকশম, থা, নিংদোন, খোমখা পুক্কী শিংলী অচৌবা য়েৎ-ৱোয়, নারুম, নাখাঙ, খোঙগী খুজেংখা, চরম, কময়া,—অসিনচিংবদা মসিগী ঈথিল অতু লাকই; হায়রিবা মফম্শিং অসিদা মাইবশিংনা খুৎনা নত্রগা নাকোংনা, তাব অমদি য়েংলগা অনাবগী লায়ৱোং অতুবু মীহুনগী খোংচৎতগী খংবা ঙমই॥

**ঈ—কাপফম** (Blood pressure) ঈংগী ঈচেল হায়বসি, ঈং চেনবগী পাংগল লৈহনববুনি। মসিদা মুংশিং শেংদবসিনা নিংশাগী উতোংদা

চংশিল্লবদি ঈঃবুস্নু অহুগুম্বা শেংদবা মুংশিংনা থেংবদা শাগৎলকই; মসিদা শাগৎলকপগী মতুং ইন্না ঈলিকশিংদস্নু মুংশিং অশাবা পোকলকই। মসিনা মরম ৱোইহুনা ঈচেলগী পাংগলস্নু হেনগৎলকই। মসিনা মতম শাংনা কুইনা লৈরগা শিংলগী মপাংগল শোম্থরকই। মসিনা মরম ৱোইহুনা শিংলী মচা-মচাশিংনা মথৌ নিংথীনা তৌরক্তবদগী তোংসাশিং অসি শিথরকই। মসিদগী মথং-মথং শোম্থরক্তনা হকচাং পংথবা নত্রগা ৱাম্থবা তৌই। ঐখোয়না করিগুম্বদা থেংনবা ফংই, মহুদি চোংগী কোনথুমসিনা থবক তৌদহুনা ঈংগী মপাংগল লৈতহুনা থমোয়দা (চোংদা) চংখিবা ঈঃ অসিবু অথিংবা লৈতবনা ঈংচলহু লেপখি। মসিবু "লাইয়ে" (Heart fail) হায়না কৌই। অমনা ৱোইরোম থংবগী, খোংগী (Left ventricle) নাকললোমদা শিথবসিনা থরা তোয়না উবগুম্না তৌই অসিগুম্বা ঈঃ শেংলক্তবদগী থোকপা অনাবসিবু (ইংরাজীদা Hemiplegia) হায়না কৌই। মসিগী অহনবা মতমদা ঈংগী ঈপোম তথকই— অমস্নুং ঈথিল কল্লি। মসিবু শেংদবা মুংশিংনা মপাংগল হেল্লকপদগী ঈংগী থৌনাস্নু হেনকৎলকই। মসিবু মীতৈ মাইবগী লোলদা "ঈঃ অঙাউবা" (High blood pressure) হায়না খংনৈ। অমনা শেংদবা মুংশিংনা চাং হস্থনা লৈরগা "ঈঃ অশোনবা" (Low blood pressure) হায়না খংনৈ॥

মীহুনগী খোং চৎ :— মশা ফরিবা মথোৎ কারকপশিংগী থমোয় অমদি মীহুনগী চাংচৎসি মীৎকুপ ১দা, (per minute) ৭২, রক মীহুনগী খোঙচৎনি। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংশিংনা মীৎকুপ ১দা, ১৩০ দগীনা ১৪০ রক, মীহুনগী খোঙ চৎনি। অহল ৱোইররুগা মীৎকুপ ১দা, ৬০ দগীনা ৭০, রক, মীহুনগী খোঙ চৎনি। মীহুনগী খোঙচৎনা ৪ রক চংপদা নিংশাগী খোঙচৎ ১, ৱোইগনি।

অচা-অথক হেন্না চাশিনবা, চাক ভোকপা মতুংদা, ৱাখল ৱান্না খনবা নত্রগা শাউবা অমদি ৱারব মতমদা নিংশং মগী হোল্লকপা মতমদা থমোয়গী, মীহুন কনথৎলকপগী মতুং-ইন্না শিংজীগী মীহুনস্নু কনথৎলকই॥

## থবোম্বী হুমাই (Lungs)

হুমাই হায়বসি মী খুদিংমক্কী থবাক মন্নুংদা নাকল অনিমক্তা থন্দোক্লুনা লৈ, অমস্নুং মখোইসিগী মরোংদি য়েৎ থংবা হুমাই. (Right lungs) অমস্নুং রোই থংবগী হুমাই. (Left lungs) অস্নুম্না লৈ। (শক্লম ২১ গী অসিদা য়েংউ) —হুমাই অনিগী কুয়োমসি 'পোরোবী' কাবগী মতৌগুম্না মগুপ-মগুপ্পা লৈ। মসি য়াম্না থোৎলি অমস্নুং য়াম্না য়াংবা পোৎনি। মহাকসি থোইদোক হেনদোক্না থমোয়দগী য়াম্না হেন্না চাউই। অসিগুম্বা থবোম্বীগী মতোন অচৌবা অসিদ নৎতনা মহাক্কী মসা পুন্নমকসি পোরোবী কাবগুম্না মগুপ্-মগুপ্পা, অমদি অকুৎ অতোং নাইনা লৈ। থবোম্বীগী নাকল অনিমক্তা নুংশিংকী লৈরিক্না (Air cells) নুংশিংকী উতোংদা (bronchial tubes)' চংখিজুনা ঈ গী




১। নুংশিং-নিংশাগী খোং "হুমলেল-হামলেল" (Wind pipe)। ২। নুংশিং উতোং "হুমলেল খোং" (Bronchi) ৩। নুংশিংকী খোংমচা (Bronchial tubes)॥

খোং শিংলীদা অমস্নুং মালংখোংগী শিংলী অনিমক্তা থেংনহুনা খংনহল্লি। মতৌ অস্নুম্না হায়রিবা কায়াৎ অনিসিনা অমৎতা রোইনা থবক পুমিন্নৈ। চোংগী মতৌগুম্না থবোম্বীগীসু মন্নুংদা অহোবা লৈ। মসিবু নুংশিংকী খোং (pleura) হায়না কৌই। খোরিন্গী মখাথংবা শক্লুগী নিংশাগী

থোং (wind pipe) অসিনা থবাক্কী 'থরক' সক্লগী মপাদা লাক্লগা মশা (Branch) অনিসিনা থরক্কী মপাদা য়েং-ৱোয়দা খন্দোক্তুনা লৈ। হায়রিবা নাকল অনিমকসিবু "নিংশাগী খোং" থবোম্বী (Bronchi) কৌই। নিংশাগী খোংগা লোয়ননা মুংশিংপু চংশিন্নবা থবোম্বীগী পোরোবী কারিবা খুদিংমক্তা থুংনা শন্দুনা লৈ। নাকল অনিমক্কী নিংশা খোংনা অমুক হন্না চিংথোক চিংশিন তৌত্তুনা মশা মরোঙ-শিংদা চংখিত্তুনা থবোম্বীদা থুংনা শন্দোকলুই। মসিনা নিংশা খোংগী মশাশিং-খক্তগী থবক্লি অসিগুম্বা মশাশিং অসি *হুমলেল-হামলেলগী *খোং (bronchial tubes) হায়-না কৌই। মুংশিং নিংশা




(হুমলেল-হামলেলগী) *খোংশিংগী মতাইদা পিক্ল-পিক্লবা হৈরীগী মতৌগুম্না পোরোবী কাবা ময়াম্না মরিক-মরিক শৌবগুম্না লৈ। (শক্তম ২২গীদা য়েংবীয়ু) মসিবু নিংশাগী কায়াৎ (Lungs sacs) হায়না কৌই। মশুপ-মশুপ্পা কায়াংসিদা মতম চুম্না মুংশিংনা মপুং ফানা চংহুনা লৈ। মরমসিনা, মখোয়শিং অসিবু "মুংশিংকী লৈরিক" (Air cells) কৌই। থমোয়সিদ *থবোম্বীগী খোংসিনা থেংনত্তুনা মালংখোংগী শিংলীনা মুংশিংকী লৈরিকশিংবু মাইকৈ মরিমক্তা লৈহল্লি। মখোয়শিং অহুনা নাকলদগী ইনশিন্দুনা *থবোম্বীগী খোংসিগা অমৎতা য়োইনা তীন্নহল্লিবনি॥

*হুমলে য়াইবীরেল শিদবা—থরাইবু য়োক্লবা মুশিং মখল অমা॥

মথক্তস্থু পনজখ্রে; ঐখোয় মীয়োয়বগী থবোম্বীসিনা *হুমলেল-হামলেল *অসিগী থবক তৌনবনি। মুংশিংতা য়াউবা *হুমলেল য়াই-বীরেল শিদবা * (oxygen) হায়না কৌবা য়াম্না শেংথ্রবা মনিলগী (gas) শরুক ল্লোইবা মুংশিং মথল অমনা ঐখোয়গী পুক্সিবু মরুল্লোইনা য়োক-পদা মতেং পাংই। হুকচাংগী ফংতবা ঈঃ অমোংপা অমুবশিংবু হুম্না-হুম্না শেংদোকহন্দুনা নিংশাগী মতেংনা থবোম্বীদা চংশিন্দুনা মুংশিং লৈরিক-শিংদগী *য়াইপী* হায়বসিনা মনিলগী মশক ল্লোইনা চংশিন্দুনা ঈঃ অদুবু সেংদোক্তুনা অঙাংবা মচু ল্লোইহল্লি, অমসুং হুকচাংগী মন্নুংদস্থু মহাক্না চংশিন্দুনা ফংতবা অমোংপা "নিংশাশিংবুস্থু" মপান্দ থাদোকই। মত্তৌ অস্থুমতৌনা ফংতবা পোংশিংবু নিংশাগী মতেংনা হুকচাংগী মপান্দা তাম্থোকই। মসিগী— মুংশিংসিগী লৈরিক অমসুং মালংখোংগী শিংলী-শিংগা; তাইনবসি অদুক্কী মতীক পাবা য়ুখলনা থান্দুনা হুকচাংগীদমক্তা শিজিন্নৈ। মরমসিনা অসিগুম্নবা অপাবা য়ুখলগী মন্নুংদা ঈংগা লোয়ননা চংথোক চংশিনগী থবক্তা বেরা লৈহল্লিবনি॥

থবাক্কী সরু মপাগী মখাদা মশুং নাইবা তোংসা লৈ। মসিবু মকল (diaphragm)হায়না কৌই। হায়রিবা তোংসা অসি সরু পোলাং, থবাক্কী সরু অমসুং য়াঙগী-মহাউগী শরুক্কা নপশিন্নৈ। মদুদি থবাক্কী মথকলোমদা চংখংলগা চেংগুমগী মতৌগুম্না লৈ। পুক্কী মতোং-তোংশা অসিনা তোঙান্না লৈবনি। অদুবু কায়াৎ অমগা-অমগদি থেংননা লৈ; তৌইগুম্বসুং থবাক মন্নুংগীদা লৈরিবা থবোম্বী অসিদি ফন্দোক্না লৈ। মরমসিনা থবোম্বীদা মুংশিং চংবা ঙমলিবনি। মসিদ নৎতনা অসিগুম্বা তোংসাসিনা মুংশিং পুশিল্লকপা মতমদা অমুক মহাক্কী মশা পুম্নমক পোংথোকই। মতমদুদা থবোম্বীনা অমুক শুপচিন্নবা তৌই। অস্থুম্না শুপচিল্লকপা মতমসিদা ঐখোয়না নিংশা-হোন্দোকই মুংশিং লোবা (মুংশিং চিংশিনবা) মতমদা অসেংবা মুংশিংপু নাতোন্দা অমদি করি-করিগুম্বদা খোনাউগী মন্নুংদা অমদি নাথাঙগী মখুল্লা (eaustachian tube)—

চংশিল্লকই। নিংশাগী খোং অমস্নং পুক্লিন মন্নুংদা চৎলুরবা মতুংদা থবোম্বীদা অমুক থুংল্লুই; অমস্নং নিংশাখোংগী মন্নুংদা চংশিল্লীবা ন্নুংশিৎ-তুনা থবোম্বীদগী, অমুক ন্নুংশিৎকী লৈরিকশিংনা †চোংদা থন্না পিশিল্লী॥

মীরোয়বনা মরু রোয়না চেৎনা খংগদবদি করিনো হায়রবদি, ন্নুংশিৎ হায়বসি ঐখোয়গী পুন্সিসিদা মরু রোয়না চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশক্নি। থরাই পানবশিংগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা অমনি। মসিগুম্বা মফমসিদা ন্নুংশিৎ লৈত্রবদি ঐখোয়গী থরাই রোইরিবা (রাব-চেংঙা) অসিস্নু লৈবা ঙমলোয়। মরমসিনা, অসিগুম্বা মফমসিবু ফজনা থম্নবগী-দমক অসেংবা ন্নুংশিৎ ফংনবা অমোৎ-অকাই অমদি নমথি-হাঙৈ লৈতনবা অসেংবা মফম রোইহনগদবনি, অমোৎপা মফম রোইরবদি মতুংগী ফৎ-তবতুনা নম্থিবা মনম পোকহল্লি। অতুগুম্বা অমোৎপতু লৈত্রবদি অশেংবা ন্নুংশিৎ ফংতুনা হকচাং শেংনা লৈবা ঙমই। অমনা অসিগুম্নবা অশেংবা ন্নুংশিৎনা—নিংশা হোন্দোক-হোনজিন্দা শিজিন্নবনা থরাইগী (রাব-চেংঙাচাগী) "য়াইবীসিনা" ন্নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনা পানবা (হীংবা) ঙমই। ফৎতবা ন্নুংশিৎ শিজিন্নরবদি হকচাং পাংগল ময়েং তারকই। মরমসিনা য়ারিবমখৈ হকচাং ফনবগীদমক্তা অশেংবা ন্নুংশিৎ ফংনবা হোৎনবসি তঙাই ফদবনি। ঐখোয়না লৈননবা য়ুম-কৈনচিংবদা থোঙ্-নাউ অচোবা য়াম্না ফাংতোক্তুনা লৈগদবনি॥

## ন্নুংশিৎ-নিংশাগী খোং (Trachea or wind pipe)

ন্নুংশিৎ-নিংশাগী খোং অসি চাউরাক্লা, খুৎপী মরু মরিরোম শাংই। মসি খৌরি উতোং হায়না খংনৈ। মসিগী মন্নুংদা "খাখোংগী" ঈনাংশিংনা শন্দোক্লা তৈশিন্দুনা লৈ। মতাইগী শরুক্তা, অথোৎপা সরূদা (bonds of cartilage) ঘীগী মরোংগুম্না তৈশিন্দুনা য়োম-শিন্না লৈ। মসিনা খারোমদা চংথখ্রগা থবাক্কী মন্নুংদা মশা অনি লোংথোক্লা লৈ মতৌ অস্নুম্না মশা অনিসিদগী শন্দোক্‌খিতুনা; মশা অমনা

য়েৎলোমদা মশা অমনা ৱোইরোমদা অস্তুম্না য়েৎ-ৱোই অনিদা থবোম্বীগী মন্নুংদা চংশিল্লী। হায়রিবা মশা অনিমকসিগী মমিংবু নিংশা "খোং" (bronchi) হায়না কৌই। নিংশা খোং হায়রিবা হুমাই অনিসিগী মন্নুংদা লৈরীবা খোং অসিদা মুংশিৎ-নিংশা অনিমক শান্নবগী লম্বীনি (air passage)। হুমাই অনিসি লৈবদগী ঐখোয়না নিংশা, হেন্দোক-হোনজিন ঙম্লিবনি। নিংশাখোংগী কাচি লোংফম্ব, ‡খোঞ্জেনগী অহানবা খোল্লক্ফম কায়াৎনি‡ (larynx or voice book)। মসি খৌরী উতোংগী মথক্তা তঙ্খাইফাউবা চংখৎলগা লৈবনি। মসিনা খোঞ্জেনগী খোং (larynx ) অসিদা ‡তোংনাউ‡ অমনা (pharynx) হাংদোক্লুনা লৈ। অসিগুম্বা খৌনাউদগী অমুক হন্না খোম্থাং য়ৈশিন্নদুনা নাখাঙগী তোংনাউদা অমস্তুং অতোপ্পা খৌনাউগী মন্নুংদা হাংদোকহল্লি। (শক্তম ২৩ দা য়েংসি)। মুংশিৎ লৌনবা তৌরকপা মতমদা মুংশিৎনা নাখাঙগী তোংনাউগা খৌনাউগী তোংনাউগা অমৎতা ৱোয়না ফাউনৈ। অহানবদা খৌজেংদা চংশিল্লি। মসিগী মতুংদা খোঞ্জেনগী খোং খৌনাউদগী নিংশাগী খোংদা লৈরিবসিনা মপান্দা লাক্লগা থবোম্বীদম্ব য়োহল্লি। মুংশিৎ উতোংগী মনাক্তা থংননা "চরম উতোং" (alimentary canal) গী মায়কৈগা মচিন অনিঙ্গ পুন্সিন্নৈ। ঐখোয়না চাব মতমদা, চা-খ্রিবা পোৎশিংবু চরম উতোংদা চংদনুনা করিগুম্বদা শোয়খিবদগী নিংশা-খোংদা হেক চংব য়াউই, মরমসিনা ঐখোয়না চাব-থকপদা য়াম্না চেকশিনবা ফৈ। অদু ৱোইরবদি চাখিব পোৎ খুদিংমক মুং-শিংকী উতোংদা কৈদৌঙৈদা চংব ঙমলোঙ্গ। মরমদি নিংশা-খোংগী মচিন্দা মতোংনা শেম্বা মখুম লৈ; ‡নিংশাগী কোনখুম ‡(epiglottis) অসিনা অচাপোৎ য়োংখব মতমদা ‡হুমলেল-হামলেল (মুংশিৎ-নিংশা) গী ‡ কোনখুম অদু থিংঙি, মতমদুদা অচাপোৎশিংদু চরম উতোংদা কুমথখি। অস্তুম্না হেক কুমথখিবগা হুমলেল-হামলেলগী কোনখুমদু অমুক হাংদোকই ॥

## চরম উতোং ( Alimentary canal )

অসিগুম্বা খোং অসিদা অচাপোংতু য়ানা তোয়হল্লক্লগা খা-থংবা মায়কৈদা চত্থখি, মসিগী অচাপোং চংফম অসিবু "চরম উতোং" হায়না কৌই। চরম উতোং অসিগী নাকলগী শরুক-পু * খৌড়ী নল্লগা ঙক* ( pharynx) কৌই। ঙকশমগী মখাদা চুন্না চত্থখিববু — চরম-উতোং (Œsophagus or gullet) কৌই। চাকখাউগী লম্বী (gullet) অসিগী শাংবসি চাউরাক্লা থুংপি মরু মাপললোম শাংব অপাব অনানবনি। মসিদা ঈনাং মখল অহু পোক্লা খাইদোকই। মত্থুদি—




১। সরু অপাব-কাংখিল (sphenoid bone)।
২। নাকোঙগা ফাউনবা তিংখুন (eustachian tube)।
৩। অথোংপা ঙৌপাক (soft palate)। ৪। ঙৌগী সাইচোন (uvula)। ৫। চরমগী তোংনাউ (pherynx) ৬। নাকোঙগীলম্বী (Nosal passage)।
৭। য়াথক্কী য়ারী। (upper jaw)
৮। য়াখাগী য়ারী (lower jow)।
৯। ঙৌগী মকল (hard palate)।
১০। লৈয় (tongue)। ১১। নিংশাগী কোনখুম (epiglottis)। ১২। হুম-লেল-হামলেলগী কাল্লাং (larynx)॥

অহানব চাশিনবদগী রোল্লকপা ঈনাং হায়রিবসিনা "মপান থংবদা" (outer coat) লৈরিবসিনি। মতোং অমদি মছিং (voluntary muscles fibres)— হায়রিবসিনা হকচাং শানবগী মচাকশিংনি।

অহানবা মছিং ( voluntary ) অমস্থুং অনিশুবা অমদি অহুমশুবা অসি-গুম্বা ঈনাংগী ৱোইবা মছিংসি (involuntary) মন্নুংদগী থোকহল্লিবনি। হায়রিবা ঈনাং অসি মরেকুম্না হকচাংগী মন্নুংদা লৈবা কায়াৎ খুদিংমক্কী মথক্তা তৈশিন্দুনা লৈ। মখোয় অসি মতুম-মতুম ৱোইনা নংশিল্লক্লগা মথং-মথং সেম্লব মতুংদা চাকখাউগী মন্নুংদা চংশিল্লকই, অমস্থুং চাকখাউদা লৈরিবা অচাপোৎশিংগা তিনশিন্নখি। অনিশুবা 'ময়াই' ৱোইবা ঈনাং (middle coat) অসিনা মপানথংব অমস্থুং মন্নুংগী ঈনাংশিংবু চুং-শিন্নবা তৌই।

**অহুমশুবা ঈনাং**— অসিদি মন্নুং চন্না লৈ, মসিবু *খাখোং* (inner coat) কৌই। মসিনা ঈশিংগী মতৌগুম্না উহল্লি। অসিগুম্বা শরুক অসিদগী থোক্লকলগা খাখোংনা মসিবু মতম খুদিংমক্তা ইলং-লংনা থম্বা ঙমই। মরমসিনা ঐখোয়না চাব-য়োৎথবা মতমদা অসিগুম্বা ঈনাংসিগী মতেংনা অপনবা তৌদনা চাকখাউ অমদি পুক্লিন য়োহনবা ঙম্লিবনি। হায়রিবসি চরম উতোংগী নিংদোন সক্ন, থরক্কী, মপাদ শাংনা লৈরিবা মকলগী লোয়নবা থবাক্কী ময়াই থংবা *তোংসা* (dia-phragm) অসিনা মতাই নাকচেপ্তা চাকখাউ ফাউবা লৈ। মসিগী চরম-উতোংগী মখাথংবা শরুক্তা অচৌবা অমস্থুং য়াইমবা. অমদি তোং-মচা হায়বদি *পুক্লিল (intestines) লৈ। মসিদি মথক্তা ইরিবা শক্তম ১০ গী মরম তাক্লিবসি য়েংবিয়ু॥

## চাখাউগী শরুক (Abdomen)

মসিগী চাকখাউ শরুকসি, থবাক্কী মন্নুং চন্না লৈরিবা †তোংসা (diaphragm) অসিনা থবাক্কী শরুক্তগী তোঙান্না লৈ। (ক) চাকখাউ, (খ) চাকখাউগী মরি "পুকলিন"। (গ) ফীরাক অমস্থুং মশিংখা। (ঘ) পৈই। (ঙ) মৈ থোকফম লাইখোং। (চ) ঈশিং-কোন (ঈশিং-য়াফম)। (ছ) ঈশিং কোম। (জ) সিন্নুংগী কায়াৎ— মুপীগী অমস্থুং মুপাগী অসিনচিংবা কায়াৎশিং অসি চাকখাউগা মরি লৈনবা শরুক্লি॥

(ক)— চাকখাউ অমম্বুং পুক্লিন (stomach) অসিনা ৱোইরোম থংবগী চাকখাউ মথক্কী শরুক্তা অমদি মতোং ভাক্তনা মখাগী শরুকশিংদ লৈ। চাকখাউ অমদি পুক্লিনসিনা থেক্লা-খোয়না লৈবা মরুৱোইবা চীঙ্গাক থম্নবা খাউ অমনি। (শক্তম ২৪, দা য়েংবিয়ু)। হাইরিবা চীল অসিদা চারিবা পোৎশিংনা †খৌরী উতোংদা (gullet) চংথ্রগা চাকখাউদা য়ৌখি, মসিগী উতোং অসিবু †"খৌরী" (cardiac arifice) কৌই। চাখ্রিবা পোৎশিংনা চাকখাউদা হেক তাখিবগা পুক্লিন্দগী মহীশিংনা মথকলোমদা লাকই (কাখৎলকই) মসি ঈনাং মখল অমনি (pylorus) মসিনা চাব তুমহন্নবদা মতেং পাঙই ॥

**চাকখাউগী মৱোং তাকপা** :— মাইকৈ মরিমক্তগী লাক্লিবা ঈনাং (coats) অসিনা চাকখাউবু শেমজিল্লি। (১) অহানবা হায়বদি পুন্নমক্তগী ঈহান-হান্না ৱোয়রকপা ঈনাং (peritoneum or serous coat) অসিনা চাকখাউদগী মরাং কাইনা থোক্তুনা লৈহল্লি। (২) অনিশুবা ঈনাং (muscular coat) অসিনা তোংসাশিংবু সেমই। চাকখাউদা অচাপোৎশিংনা হেক চংখিবগা তোংসাশিংনা অমগা-অমগা, মথং-মথং লেংনহন্দুনা মত্থবু তুমহন্নবগীদমক, মীৱোইবগী কায়াৎ খুদিংমক ঈথক-ঈপোম হৌহল্লি। মতৌ অসুম তৌনা মখোয়না চংখিবগা অচা-পোৎশিংবু লেংহন্দুনা নোইহল্লি-(হায়বদি চাকখাউগী মাইকৈ অমরোমদগী অতোপ্পা মাইকৈ ফাউবা য়ৌনবা তৎতনা চৎহল্লি অমম্বুং হাইহল্লি)। মরম-সিনা, চাখিবা পোৎশিংবু থুনা তোয়হনবা ঙম্লিবনি, অমম্বুং মত্থনা চনাং তাহল্লি। (৩) অহুমশুবা ঈনাং (submucous or connective coat) ঈঃগী †ঈচেলগী খোং (blood vessels) অমসুং তুমহন্ন-বগী কায়াৎ (gastric or peptic glands) শিংদা থল্লা লৈহল্লি। (৪) মরিশুবা অসিনা মম্বুং চনবা ঈনাং (mucus coat) অসিগী মৱোংদি খোইহীগী মতৌগুম্না লৈ। মসিনা মহী ৱোইবশিংবু লৌথোক্লবা †খাখোংগী "নাউলী" কুপ্ল-কুপ্লবশিংগী মচীন লৈফম্নি ॥

তুম্নবগী থবক তৌরিবা মরু ল্লোইবা কায়াংতি চাকখাউনি "থৌরীগী থোঙ" (cardiac orifice) গী মখাদা চাকখাউনা মহাউ পুম্ন-মক লৌশিল্লগা তোংশাশিংনা চুপশিল্লগা মথুনা কোক্তা (লূউ, থোপতা) (chured) য়ৌখিহুনা অমস্থুং মসিগা লোয়ননা মন্থুং চনবা ঈনাংগী মচীন্দগী অসিনবা (orifices of gastric glands) থোক্লকইবা অসিদগী তুমহন্নবগী †মনিলনা (gastric juice) লাক্তুনা মহাক্না




১। চরম উতোং (Alimentary canal)
২ চাকখাউ (Stomach)। ৩। মশিংখা (Bile-duct)। ৪। পুক্নিন অচৌবা (Large intestine)। ৫। পুক্নিন মচা লীনশাং) (Small intestine)
৬। অমাংথোং (Anus)।

মহী লাংথোকহন্দুনা লৈহল্লি। মতৌ অস্থুম তৌনা চাখিবা পোংশিংবু তপ্না-তপ্না নোয়হুনা তুমহনবনা মরম ল্লোইহুনা, মসিদগী খরা খরা ঈশিংগী মতোগুম্না পাথোক্লকই, অমস্থুং লেমহৌরিবা শরুক চাক অমদি

এনছাং অতুম্ন পথন্তুনা অমুম পুক্লিন্দা চখ্খি। মতৌ অমুন্না পাথোক-হল্লবা (মহী লাংথোকহল্লবা) শরুকশিংবু চাকথাউদগী থোকহল্লিবা অনি-শুবা, ঈনাংগা তোৎনত্তুনা ঈ:গী খোংদা চুপশিল্লগা ঈঃ শেম্নবা তৌই; অমসুং মতুংদা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শন্দোকই। লেমহৌরিবা, শুং-দোকখ্রবা শরুকপু (chyme) পাথোকহল্লবা হায়বদি ঈ:গা তিনশিন্ন-নবগীদমক "তুমহন্নবগী ঈনাং" (pylorus) অসিনা পুক্লিন্দা (intestine) থাদোক্লকই। অসিগুম্বা ঈনাং অসিনা মরম ল্লোইত্তুনা খৌনাউরোমদা




১। চাকথাউগী মরীল (Oesophagus)। ২। চাকথাউ (stomach)। ৩। থম্মোইগা থৎনবা-চাক খাউগী শরুক (cardiac end of the stomach)। ৪। মশিংখা (Gall bladder)। ৫। লাইখোং (মৈ থোকফম) (bile duct)। ৬। খাখোংগী কান্নাৎ (pancreatic duct)। ৭। ঈলিক শুংনবা কান্নাৎ (gland cells)। ৮। পুক্লিন অচৌবা (big Intestine or duodenum)। ৯। ফৎতবা পুথোক্লবা কান্নাৎ অমসুং "খাখোংগী" থীরিল অচৌবা (tubular glands of the large intestine)॥

---

অমুক চৎখৎলকই। মত্তুনা "তোংশাদগী অতোপ্পা কোনখুমশিং" (sphincter) অমদি মপ্রাম সেমই। মল্লোং অমুন্না চাখ্রিবা পোৎ খুদিংমক

য়াম্না ফজনা তোইহন্নগা চংখিবদা অপনবা লৈহন্দে। মসিনা চাক-খাউদা চংশ্রবা মতুংদা, চাকখাউসিদা লৈরিবা তোংসাশিংগী কোনখুমশিং অহুনা (sphincter) চাকখাউদগী অমুক থোকহনখিহুনা মনিলগা লোয়নননা (হুমাংগা) ঈচেলদা থাজিনখি। মরমসিনা করিগুম্বা অচা-পোংশিংবু য়াম্না ফজনা তোয়না সায়ত্রবদি মহুবু "তুমহন্নবগী মহী" (saliva) অসিগা তিন্নহুনা মহী রোয়হন্নবগী অহানবমক্তদা চাকখাউদা লৈরিঙেদা, চাকখাউনা থবক য়াম্না কন্না তৌই। মরমসিনা চাকখাউগী সাতোংশিংদা অন্নাবা রোইহল্লি। অহুনা অচাপোংশিংবু য়ানা তোয়না ফজনা শায়হুনা তোইহন্নবা হোংনগদবনি। মতৌ অসুম তৌনা মশাগী হৈনবা রোইনা চাবদা মতম চংনা শায়হুনা তৎতনা তৌরবদি করিগুম্বদা চাকখাউগী অনাব অমসুং অশোকপা লৈরোই॥

মসিমসু নিংশিংবিগনি, মহুদি চীন্দা হেক চারিবা পোংশিংবু লৈয়গী মতেংনা রোংতুনা য়ানা ফজনা শায়রিবনি। ঐখোয়গী মায় অমদি চাইরুংদ *"মীই" হায়না কৌবা কাংখিল* (saliva glands) তরুক লৈ। অসিগুম্বা *"মীই" কাংখিল* (saliva) অসিনা মায়সিবু মতম চুপ্পদা ফজনা তরু-তনান্না থম্বা ঙমলিবনি, অমসুং য়ানা শায়বগী মতেংনচিংবসু পাংই। হায়রিবা মতমসিদসু মায়সি তনান-তনান লৈহল্লি। মায়গী মসুংশিদ শমগুন্নবা অকুপ্পা অমসুং পিল্লবা ঈঃ চেনবা শিংলী-শিংনসু মহাক্কী মতীক ময়াইহুনা চুপশিনখি, মতৌ অসুম্না চাখিবা পোং খুদিংমক অপাব অফবা মচি রোইবা পোংশিংবু ঈঃ রোইহন্নবগী-দমক চুপশিন্দুনা লৌশিনখি। মরমসিনা চীন্দগী হৌনা তুম্নবগী থবকসি হৌথ্রবনি। চীন অমসুং খৌনাউ (gullet) অসিনদি নিংথিনা মপুং রোইনা তুমহনবা ঙমদবশিংবু মহাক্না চাকখাউদা অমুক পিথখি। চাকখাউদসু মহুবু মপুং ফানা তুমহনবা ঙমদবশিংবু পুক্লিন্দা অমুক থাদখি॥

## পুক্লিন লৌনশাং (Intestines)

চরম উতোংগী (alimentary canal) খা থংবা শরুক্কী মমিংবু "পুক্লিন লৌনশাং নত্রগা থীপোঙ" (intestine or bowels) কৌই। মসি চাকখাউগী খা-থংবা মাইকৈদা লৈ। হায়রিবা মরীলসি মথুপ্-মথুপ থেক্লা খোয়না শাংব মরিক্লি (tube) অসিগুম্বা থেক্ল-খোয়না লৈরিবা মরীল অসি অদুক্কী মতৌক লৈশিন্না পুক্কী মনুংদা ইনশিন্নবা চীন্না থম্না লৈ। মসিবু ঐখোয়না পুক্লিনসি চাউরাক্লা খুদুপ ১৮, লোম শাংগনি। মসিগী চাউবদি মীরোইদুগী মতুং ইন্না লৈ। মসিগী মনুংসিদা অতোপ্পা শমথখিবা থীরিল অচৌবসিদি চাউরাক্লা খুদুপ অহুমগা তঙ্খায়রোম রোইগনি॥

## পুক্লিন মচা (small intestines)

পুক্লিন মচাসিগী অশাংবসি খুদুপ ১৪নি, মসিগী পাদমদি মশা-মশাগী রোইনা লৌগনি। হায়রিবসি চাকখাউগী মখাদা চত্থরিবা তুম-হন্নবগী কায়াৎ পুক্লিন অচৌবসি নৎতনা মসিগী মথংদগী পুক্লিন মচাসিদগী হৌনা য়েংগনি। চাকখাউগী শরুক্তা খাইদোক্লিবা তোংশা, ঈনাং, মহী অমুম্না পুক্লিন অসিস্থ মহাক্কী ঈনাংশিং (coat) অসিস্থ মরি থোক্লা লৈ। মরমসিনা পুক্লিন মচাশিংস্থ শরুক মরি থোক্লা খাইদোকই। মরমসিনা পুক্লিন মচাশিংস্থ চাকখাউনা থবক তৌরিবা অদুগুম্না মহাকস্থ থবক তৌই। পোৎশিংবু তুমহল্লকপা মতমদা হায় রবা পুক্লিনশিং অসিদা *খাখোংদগী থোক্লকপা মহীশিংদুনা পুক্লিনগী নাকলদা লাক্লগা *খাখোংগী মহীসিনা (bile) অমুক পুক্লিন অচৌবদগী *লাইখোংদা (pancreas) অমুকস্থ চংশিন্‌খি। অদুগা খাখোংগী মহীসিগা (pan-creatic juice) তিনশিন্নখি। মসিদা নৎতনা অসিগুম্বা পুক্লিনসিদগী মহী মখল অমস্থ থোকহল্লি, মসিদগী লাকপসিবু তুমদবা মহী (intes-tinal juice or internal secretion) কৌই। চাশিনখিবা

অচাপোৎশিংনা অসিগুম্বা খোং অসিদদি মপুং ম্রোইনা তুমহনবা ঙমদে। চাকখাউদগী পুক্লিন্দা চংথ্রবগী মতুংদা, হায়রিবা মহী অহুমসিগা তিন-সিন্নরগা অমুক হন্না তোইহন্নবা তৌই। মতৌ অম্বুম্না চাশিল্লিবা পোৎশিংবু তুমহন্দুনা ঈঃ শেম্নবা তৌই। মহী ম্রোইদবা শরুক ম্রপং ম্রোইবশিংবু পুক্লিনগী মথুপ-মথুপ্পা লীনশাংশিদা থেক্লা-খোয়না চৎতুনা "থী" (stool) ম্রোন্দুনা থীরিল অচোবদা থাদোকখি। (লামাই ৭২ গী শক্তম ২৪ শুবদা য়েংবিয়ু)।




**থীরিল অচোবা (Large intestine)**

১। মথক থংবা থীরীল (Ascending colon) ২। অমাংব (থী) চৎ-হন্নবা শরুক (transverse colon) (পুক্লিন্দগী থীরীলদা লাম্থোক্লবা কান্নাৎ) ৩। খা-থংবা মনুংগী শরুক (descending colon) ॥

মসিগী অশাংবসি খুতুপ মরিরোম ম্রোয়গনি। মসিনা পুক্লিন মচাদগী য়াম্না হেন্না নোই। পুক্লিন মচাবু থীরিল অচোবসিনা মতাইদা কোইশিন্দুনা লৈ। মসি চাকখাউগী য়েৎ-থংবা মাইকৈগী খা থংবদগী

হৌরগা পুক্লিনগী মতৌগুম্না লৈবা খোং (tube)গী শরুক্তা ফংতবা অমাংবশিংবু (থীবু) পুখোকখিনবা কায়াৎনি; মহাক্না ফীরাক অমসুং চাকখাউগী খা-থংবগী ৱোইরোমদা কোইনা চংতুনা অমাংথোং ফাউবা চংথখি। মসিদা শরুক অহুম থোক্না খাইদোকই। মতুদি :—
১। মথক থংবা থীরীলগী শরুক্ (Ascending colon)। ২। পিরাইগী সন্না মনাক (Ileum) ৩। থীরীল মমুংগী-খা থংবা শরুক (coecum)। শক্তম ২৬ কীদা য়েংবিয়ু ॥

অসিগুম্বা থীরিল অচৌবসিদা ঐখোয়না চাখিবা পোৎশিংগী ফংতবা মকুম ৱোইবশিংবু পৈশিন্দুনা থমই। অতুগা মতম খরা লৈরগা পথ-রক্লবা মতুংদা অমাংথোংদা মতুনা লৈরুরগা "থীগী" (stool) শক্তম ৱোইনা মপান্দা চথোকখি ॥

মমাংদসু পনজখ্রে, মতুদি ঐখোয়গী হকচাংদা মফম খুদিংমক্তা ঈনাংশিং লৈ, অমসুং মতুনা হকচাংদা করিগুম্বদা চাখিবশিংতুনা তুম্বা ঙমদবা মতমদা মতুনা লোক ৱোল্লকই, মতুনা মরম ৱোইতুনা ঈঃ অসিনসু মতুগী মতেং পাংই। মতুদি অসুম্না খ.গনি, মহীদগী ঈঃ ৱোই-হল্লকই অতুগা মথক্তা হায়রিবা মহী অসিদী চাখিবা পোৎশিংদগী তুম-হল্লগা ৱোইরক্লিবনি। ঐখোয়না চারিবা পোৎ খুদিংমকপু চাব-থকপা মতমদা য়াম্না পুক্লিংচংনা চাবসিসু অফবনি। চারিবা পোৎশিংবু য়াম্না তোয়না শাইরগা থুনা তুম্বা হেল্লি ॥

## (গ) ফীরাক (Liver) অমসুং মশিংখা (Gall bladder)

ফীরাকসিগী মচুদি "লোয়াম্বা" (মঙ্গ্রা অঙাংবা) মচুনি। মসি পুক্লিনগী মথক থংবগী য়েৎলোম থংবা শরুক্তা থবাক্তী মমুংদা "নিনতুং" হুমনি পানবা খাজগী শক্তমগুম্না লৈ। পুক্লিলগী লীনথুপ্তা অপাবা *কুরাংপাম্না য়াম্না হকচিন্না থন্না লৈতুনা (peritoneum) মতুগী অনাংব †কুরাংপাম্না করিগুম্বা পোৎ অমৎতগা নপ্নহন্দনা লৈহল্লি। ফীরাক-

হায়বসি হকচাংগী খ্বায়দগী মরু ৱোইবা কায়াংকী মন্নুং চনবা শরুক অমনি। মসি চাউরাক্লা খুৎপী মরু ৮/৯ লোম শাংই, অতুগা খুৎপী মরু ৫ রোম পাক্লা লৈ। (মসিবু মীতৈশিংনা লৈমরেন ফমপান হায়নস্ত্র কৌনৈ) মসিগী মচিন অনি থোক্লা লৈ:— য়েৎলোম অমস্তুং ৱোয়রোম থংবা; অতুগা মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা লৈরিবা অসিস্তু মচিন (lobe) কৌই। ৱোয়রোম থংবগী মচিন (lobe) অসিনা খরা হেন্না চাউই। অতুগা মসি চাউরাক্লা হায়রবদা মসিগী মচিনসি মরোং-মরোং লোংনা পিক্লবা মচিনশিংস্তু (lobules) উবা ফংই। ঈংগী মতেং পাংনবা অমদি চীপ্পাকশিংদগী অমদি ফীরাক্তগী মশা লোংথোকখিবা কায়াং অমনা অনানবা অরংবা পোৎ ৱোইহন্নবগীদমক লৈবা কায়াংপু "লাইখোং" (bile) কৌই। মথক্তা লৈরিবা ফীরাকসিদা অশাব 'মৈগুম্নবা' মহীগী শরুক্তা থম্না হানজিন্দুনা লৈ। অসিগুম্না তুমহন্নবগী মৈ পিরিবা কায়াং-সিবু (store room of lobe) মশিংখা (gall bladder) হায়না কৌই। মসিনা চাং নাইনা *লাইখোংসিদগী থোক্লক্লিবা মহীসি (bile) নোংমগী মন্নুংদা কাংকন ১৬, তগী ৩৭, ফাউবা (8 to 18, ounce) "লম-শমদা অগুম্না ৱোইগনি। হায়রিবা মহীসিনা থোক্লকুলগা ঈনাংশিংদ চংশিল্লি, মতৌ অস্তুমতৌনা তুমহন্নবগী থবক্তা মহাক্লা মতেং পাংই।

## পৈই (Spleen)

পৈই হায়রিবসি, পুক্লিন অচৌবগী ৱোয়থংবা অমস্তুং চাকখাউগী তুং ৱোইরপ্লা লৈ। মসিনা হকচাংগী মচুদগী খরা লৈশিন্না হায়বদি মেন্‌মান্‌বা মচু ৱোইনা তাংবোম নাইনা লৈ। মসি খুংনা পায়শিন্‌-বদস্তু থেংনবা ফংই, মসি য়াম্না চাউথোক্লকপস্তু য়াউই। মসিবু লৈমরেনগী পেএ, হায়নস্তু কৌই। মসিগী লুম্বসি চাউরাক্লা খন ৳, রোম ৱোইগনি। মসিনা হকচাংগী করিগুম্বা থবক অমদা হেক্তা মতেংস্তু পাংই; (য়াউরুই)। মহাক্লা-মহাক্কী থবক অসিনি হায়না লেপ্পুনা লৈতে। মহাকসি করিগুম্বা

রাখলগী *য়াঙ্‌লোন চিংখোক্লবগী থবক্তস্লু লাকই, পৈই অসিনা ঈ:গী মচাক শেম্বগী মতেংস্ল পাংনবগী থবকস্ল তৌই ॥

## মশিংখাগী খোং লাইখোং) (pancreas)।

মশিংখাগী খোং অসি ফীরাক্তগী পীকই। মসি পৈইগী মনাক্তা অমদি ফীরাক্কী মনাক্তা—, অসুম্না নাকল অনিমক্তা লৈ। মশিংখাগী খোং অমসুং পৈই. অসি চাকখাউগী তুংলোমদা লৈখিবা মরম্না মসি, পুকলোমদা য়েংবদা খরা ল্‌থনা থেংনবা ফংই। পৈইগী কায়াংসিদগী খোক্লকইবা মহী *মৈগুম্নবা লাইখোং হায়রিবা (pancreatic juice) অসিনা পৈইগী কায়াংতগী খোক্লক্‌লগা পুক্লিন্দা তারকই, অমসুং মহাক্না মতৌ করম্না তুমহনবগী মতেং পাংলিবনো হায়বগী মরমদা মথক্তস্ল হায়জখ্রে। হৌজিক য়ারম্‌ অমস্ল হায়গ, মহাক্না ঈশিংবু (মহী রোইবশিংবু) তুমহনবগী থবক তৌই। মহাক্না নিংথিনা থবক তৌবা ঙমদ্রবদি ঈশিং হেন্না চংপা (য়ুং-য়াম্না হানবা) অনাব লাকই (Fxterpotion of pancreas followed diabetes) ॥

## য়ুং-কায়াংকী তাংকক (হক্কী ঈশিং)

ঈশিং-য়াফম (kidney)। হায়বসি পুক্লিনশিংগী মমুং চন্না অমসুং পুক্লিগী নাকল অনিমক্তা থা-মচেৎ শানা য়াউথাংননা ঙাংতক তৌবা মচুগী য়েং-রোয়দা কায়াং অনি লৈ। মসিবু ঈশিং-য়াফম (ঈশিং শুংনবা কায়াং) অমদি শিমুং খোংস্ল কৌই ॥

হায়রিবা কায়াং অনিসিগী মমিংবু ঈশিং-য়াফম নত্রগ "ঈশিং চুম্‌ফম্‌" (kidneys) কৌই। মসি য়াংগী সরূগা শম্নবা মহাক্কী মনাক্তা

---

*য়াঙ্‌লোন *অরাংব থাক্কী রাখল ॥ *লাইখোংনা-ফীরাক্কী মনাক্তা লৈ ॥ *খাখোংনা পৈইগী মনাক্তা লৈ ॥ *মশিংখাদি নাকল অনিদা লৌ ॥

চৎলিবা য়াংলি কৌবা (পাফল শিংলী) অসিগা মরী শন্নানা মতুদগী চাং-তম্মা ঈশিংগী শরুকশিংবু চুমথহনা মথক্তগী থাদোক্লকই (upper lumber verlebrae)। মতৌ অসুম্ম ঈংবু শেংদোক্তুনা ফংতবা লায়না রোইরক্কদবশিংদগী হায়রিবা কায়াংশিং অসিনা থন্নাইবু ওাক শেল্লিবনি। অসিগুম্বা থবক তৌরিবসি ঈশিংগী কায়াংনি। ঈশিং-য়াফম্মা ঈংদগী থাদোক্লকলবা খোংগী ফংতবা পোংশিংবু চুমথোক্তুনা "য়ুংলিদা" (ureter) লাক্লগা "ঈশিং কোমদা" (bladder, থাদরকই ॥

**ঈশিং-কোম**— (Bladder)— ঈশিং-কোম হায়বসি হকচাং-মুও দগী চুমথোক্লকপা ঈশিংবু থম্নবা 'reservoir' মখল অমগী থাউনি



ঈশিং-য়াফম

মসিদা উৎলিবসিনা ঈশিং-য়াফম মনুংগী শক্তমনি, মসিদগী হক্কী ঈশিংবু চুমথোক্তুনা "য়ুংগী" শরুকপু লোথোকই। মসি পুন্নমকসি তেংপানবা মপুগী খুৎশেম্না রোইহল্লকলিবনি। য়েংলোমগী মছাংশিং অসিদগী অথুবা মখুলশিংদা ঈংদগী ঈশিংগী শরুকপু চুমথোকই (glomerules ॥ মসিবু অমাইবশিংনা ঈশিং য়াফমদি য়েংলোমদা নৈবনে হায়না তাকপিরম্বু য়েংকী য়াংঙীনা ঈশিং চুমথোক্লবগী থবক তৌই ॥ হায়না অথুপ্পা য়ারম রোইনা থমলম্বনি ॥

(bag)। মসিদি মক্রক্-মক্রকপা অমসুং থরা মগুপ-মগুপপা, ম্রাউথাংনবা উপানা মুপশিল্লী। মকমসিদা ঈঃদগী চুমথোক্লকপা ফংতবা মহী রোইবা পোং পুম্নমক ঈশিং-য়াফম অনিনা (kidneys) চুমথোক্লকুনা য়ুংলীদা (ureter) লাক্লগা ঈশিংথোংদা (uretra) থোকথি। মসি মশা করিবা মী অমগী চাংসি নোংমগী মনুংদা থন্ মথাই অমদগী খন ১, কাউবা য়ুং; হান্নি— হায়রবদি য়াউম ৫২; দগী, য়াউম্ ১০৪ ফাউবনি। য়ুংগী মচুদি চাংচৎ রোইনা অচম্বা ঈশিংগী মচু রোইনা তৌই। করি-করিগুম্বদা নাপুদা অপাবা মচু রোইনমু লাকই। মসিবু ঈশিং হন্‌কৎপা কৌই॥



১। ঈশিং য়াফম [kidneys]। ২। য়ুংলী [ureter] ৩। ঈশিং কোম [bladder]। ৪। ঈশিংগী মরি ঈশিংথোং [opening of urethra in bladder]। ৫। শ্লেৎ-থংবা য়াংলী। ৬। রোইথংবা য়াংলী। ঈশিং কোমগী থোং অসি য়ুংলীদগীসু ফাউননা লৈ। [opening of ureter in bladder]॥

ঈশিং-য়াফম অমসুং ঈশিং কোম অপুনবা শক্তম॥

## সিনুংগী কায়াৎ (Sexual organs)

সিনুংগী কায়াৎ অসিনা মরম রোইদুনা, শাগৈ চাউথংহল্লি। মসিগী কায়াৎ অসি লৈত্রবদি অমসুং মসিনা সিজিন্নবা য়াত্রবদি মীচুংগী মপোক্তি অরোইবা মপোক্লি হায়দা থংউ। হায়রিবা সিনুংগী কায়াৎ অসি অঙাং রোইরিঙৈ মতমদা মসিগী *কমপি অসি মপুং রোইনা লৈতে। মথোৎ কাররুবা মতমদা হায়রিবা কমপি অসি মশা তাশিল্লকই

অমস্মুং অসিনা মপুং ফানা লাকই। মসিগুম্বা ফমপি অসিবু তরঙ দগী রোইরকপা তেংপানববু রোয়রকদৌরিবা *ঈপুং-লোয়নবা অপকৃপা হায়না কৌবা অসিনা সারোন তৌরক্লগা লৈমরেন্ শিদবীগী *লাইপৌ (নাউয়োম) কাদা সারোনলক্লগা ঈপুং-ফমপি হায়না মীংকৌরহ্নুনা সারোল্লি। পলেমগী পিবুকস্নুংদা লোইদাম থাজ অহুম্ব্ শুখ্রগা *নাউব্রা-নাউতম্লোয় হায়না কৌখ্রেদো; মসিনা লোয়দাম থাজ তরা শুরহ্নুনা তাইবং ফাউরবদি অফবস্মু খঙত্রিবা ফংতবস্মু থংত্রিবা *নাউরা অকো* হায়না কৌখ্রে। অস্মুম্না ঐখোয়গী পুন্সিবু মথংলেংনা শমথরহ্নুনা হম্মু লৈমল্ চল্লক্লগা অহুক্কী মতীক কুংশিল্লকই (নংশিল্লি) মসিনা চহী য়াম্ল-য়াম্লগা মসিগী মহীসিনা ঈনাং রোয়না অমুক পাথোকখি। ঐখোয়গী হৃকচাংদা লৈরিবা অতোপ্পা কায়াংশিংগা মান্নবা মশা মথনতনা থবক তৌবা ঙমদে; হায়বদি মশাগী থবকপু মশানা তৌভবা (self-sufficient) ঙমজদে। মুপাগী সিন্নুং; মুপীগী সিন্নুং অনিসিনা চীল্লোক্লরগা মপুং ফাবা রোইহল্লি। মসি নত্রবদি অতোপ্পা পাম্বে অমনা মতু রোইহন্বা ঙমদে, রাদি অসিনি মতম অহুদা মহাক্কী মরু হুন্দুনা, শাগৈ চাউখংহনববুনি। হায়রিবসি পী; পা; অনিগী সিন্নুংগী কায়াং অনিসিনা খেংনরবা (রাইনরবা) মতমহুদা মপুং ফাবা মথৌ অহু পাংথোকই। মহুগী মথৌ পাংখোক্লগা তোঙান-তোঙন্না অমুক লৈখি। মতৌ অস্মুম্না মুপাগী সিন্নুং; মুপীগী সিন্নুং অনিসি মরোং মান্নদবা মরম্না মসিগী কায়াং অনিসি তোঙান্-তোঙান্না ইজরিবনি ॥

---

*ফমপি :— তাইবং মীরোইব অমদি থরাই পানবশিংগী মপোক লাংরোন ফাউনবা তনৌরবা ঈরি ॥ *অপকৃপা :— হৃকচাংদা অতৎ-অথম লৈতনা পক্ত্না লৈবা ॥ *ঈপুং-লোয়নবা :— ফমপি ॥ *লাইপৌ :— নাইয়োম মুপীগী ॥ †নাউরা-নাউতমলোয় :— অঙাংগী শক্তম লাকশিল্লবা ফমপি ॥ †নাউরা অকো :—অঙাং খোংগল, তাত্রিবা ॥

# নুপাগী সিন্নুং
## (Male organs of generation)

নুপাগী সিনুং কায়াং অসি শরুক অনি থোকই। মহুদি ঃ— ১। ৱু ইতেতেপা [penis], অমসুং ২। মীহংসং [টিলুম] [ testis ]। অসিনি শরুম ২৯, সিদা ৱেংবিয়ু ।।

## নুপাগী (ৱু ইতেতেপা) শিংলী মৈলোম্বা পেং' তি; (Penis)।

পেং' তি;— অসিনা চিল্লোরুবগী থবক তৌই। মরু ৱোইনা মহাক্না থবক তৌবসি ৱাখল্লা হৌদোকই। ৱাখল্লা হেক থুংলুবগা মিহীংসং (টুরুম্না) থরো-থরো ৱোন্দুনা *ইরাং হৌহল্লি। মতমহুদা মহাক্কী মসাসি লিংখৎলকই (কনখৎলি) মসিদা অশাংব খোং অহুম্না মরম ৱোইহুনা (Three cylinderical bodies) সেমলিবনি। মসিদা লৈরিবা শাংল-শাংলবা শিংলী অসিনা নাকল অনিদা লৈ। অসিগুম্বা মন্নুং চন্না লৈরিবা শিংলী অসিগা মরি লৈনববু *সিন্নুং-কায়াং (corpora cavernosa) হায়না কৌই। অহুমগুবা খোং হায়রিবসিনা খোং অনিহুগী ময়াইদা অমন্নুং থাগী মায়কৈদা লৈ। মসিগী খোং অসিগী মমিংবু *হয়াই-খোং (corpus spongiosum) হায়না কৌই। মসিদি লুতুংদা থাংয়ে। খোংলম অমদি *নোংদমখোং কৌয়ে মসিনা ৱাকোন-পুংদা থাংয়ে। খোংলম অমনা *মরিংখোং কৌয়ে মসিনা খুজেংথাদা থাংয়ে। অহুগা ঈশিংগী লম্বীগা, ফম্বীগী লম্বীগা থোকফম অমৎতনি। হায়রিবা খোং অনিসিদি তোঙান্ তোঙান্ লৈরবসু মুপী-মুপা চুনবা মতমদদি হয়াই-খোং অসিদা পুন্সিল্লকই। হায়বদি খোং অনিসিদগী লাক্লগা ৱাকোনপুংদ থুংলবা মতুংদা তিংলিদা থুংলুই, তিংলিদা মালং-

---

*ইরাংঃ— ঈংগী ময়াই কাবা।। *সিন্নুং -কায়াংঃ— অথিফমগা মরি লৈনবা খোং।। *হয়াইখোংঃ— মুনথনবা (শুমহৎনবা) খোং।। নোংদম খোংঃ— মতম পিনবা খোং।। *মরিংখোংঃ— পাউ, ফাউননব খোং।।

খোংনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা চাইশিল্লগা হকী ময়াইদু শিজিন্নৈ। সিন্নুংগী খোং (corpora covernosa) অনিসিনা লাক্কুনা হয়াইখোংগী শরুক্তা তিন্নরগা মথক্তা হায়রিবা সিন্নুংগী কায়াৎকসু লোয়নলোয়ননা লাক্লগা মথক্কী খোং অসিগা-হয়াই-খোংগসু শমজিন্নৈ। মসিগী অমুক্ চৎখ্রগা তিংগী মখোঙদা পুন্সিল্লুই ॥

## নুপাগী সিনুং-কায়াৎ

## Male organs of generation



রইতেভেপা—(তি) অসিগী শরুক্তা ৪, থোক্লা খায়দোকপা ম্লাই। মদুদি ১। তিখোঙ্ (root) ২। তিগী হকচাং (body)। ৩। তিগী মঙক (neck or cervix) ৪। ঈশিং খোঙ্ (glans penis) অসিনি ॥

তিখোং (Root)। ঈশিং-থোঙ্- অসিগী মশাসিগা মছিং অমসুং সরুগা শৌজিন্নবনা (ligaments) মরম রোইহনা কোংলৌ সরু পোলাং অমসুং অকোন্বা সরুশিংদগী লাক্লগা তিনশিন্নররিবনি, অসিগুম্বা মচৈ (হকচাং) অমদি মখোঙ্ (root) অসিবু পুন্না "তি" কৌই। মখোং কাব্রকপা মতমদা পেং (তি) মখোঙগী উন্সা মথক্তা শম হৌরকই। মসিগী মথক থংবা শরুক্তা চনিং অমদি খোয়দো লৈ ॥

২। ব্রুই-তেতেপা শিংলী মৈলোম্বা তি (Body)। মথক্তন্নু হায়জগ্রে, মত্থদি শিংলী অছম্না মমুংগী শরুক্তা লৈ, অত্থগা ঈশিং-খোঙগা অমুক পুশিল্লকই। হৌজিক ভিখোঙ্দগী লোয়রগা শিংলী অহন্না পুশিনফম, অত্থগী শরুকপু "ব্রুই'তেতেপা" তি (body) কৌই ॥

৩। ব্রুই-তেতেপা, (তিগী) মঙক (Neck or cervix) অমসুং তি-হুকচাং 'ঈশিং খোঙ" (glands penis) অসিগী ময়াইদা অনানবা মখুল লৈরিবা শরুক্কী মমিংবু ঈশিং লম্বী অমসুং তিগী মঙক (Neck or cervix) কৌই ॥

৪। তিকোক (Glans penis)। ঈশিং-খোঙগী, কায়াংকী শরুকপু 'তিকোক" কৌই। মসিগী মরোংদি হৈয়াই অমুনবগী মতৌ-গুম্না তৌই। মসিগী মমাংথংবা শরুক্কী কায়াংপু ঈশিং খোঙ্ (Meatus urinarious) কৌই।

তিথুম (integument) নক্রগা মথক থংব উব্বা; মসিদি য়াম্না খোংলি অমসুং পানা লৈ। মসিগী কায়াংসিগী শরুকসিবু হাংদোক-হাংজিন য়াবা তিথুম (prepuce) অমদি তিথা (doubled) অসিনা হায়দোক-হাইজিন্দা মহাক্না খরা খরা নোমছনা শাম্নছনা লৈ, অমসুং মহাক্কী মরমদি তিগী ময়ায় অত্থ লাকপদা মহাক্না অত্থকী মতিক "ফমপী"বু তিকোক্না চিংখোকলকই অমসুং তিকোক্না মত্থগী পোংতুবু খাইদোক্নুনা মপান্দা লোথোকখি ॥

হুকচাংগী মঘম পুম্নমক্তা কুপ্প কুপ্পবা মরিল হোবা শিংলীশিংনা লৈ, *হুমাই খোংগী শিংলী* (pulmonary veins) অমদি †মালং-খোংগী শিংলী† (papillaries) অসিদা মুংশিংনা মপুক থন্না হানজিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা মকমজিলগী পিক্ল পিক্লবা শিংলীশিং অসিদা ঈংশিংনা অত্থক্কী মতিক চংজিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা পিক্লবা শিংলীশিংদগী অতোপ্পা শিংলী অচৌবশিংদা অমুক হন্না শাংনা-শাংনা লৈখি ॥

ঈশিং খোঙদা কায়াৎ অহুম্না লৈ। মতুদি অমনা তিগী মওঙ্কা কোইশিন্দুনা লৈ। মসিগী মমিংবু ঈশিং-খোঙ, নত্রগা তিকোক (prostate gland) কৌই। মসিদগী মখল অমগী মহী খোল্লকই অমসুং তিখোঙগী মখাদা লূম অনি লৈ, মসিবু টূলূম †মিহীসং† কৌই। হায়রিবা লূম অনিসিদগীসু মহী অমা খোল্লকই। অসিগুম্বা কায়াৎ অনিসিবু টূলূম মিহীংসং (cowper's gland) হায়না কৌই॥

## লূম-মিহীংসং (Testes)

লূম্ (মিহীংসং) অনি লৈ। মসিগী মরোংদি য়েরুমগী মরোংগুম্না লৈ। মরমসিনা মসিবু "মরুমসু" হায়নৈ। মসিগী মরুম অনিসি মুপা রোইবগী মরুবোবা কায়াৎনি। মসিগী মফমসিদগী *ফমপি ঈপুং লোয়নবা ঈঃয়েল (semen) পোকহল্লি। মসিদগী পোকপা ঈঃয়েল অসিনা নাউরা রোইনবগীদমক্তা মমাগী পিপুরুংদা (লৈমরেন্গী ফুহীংদা) চংখি, লূমদা করিগুম্বা মতমদা থ', মঙা লৈথোকপসু য়াউই। অমুম্না ভৌরবদি মমাদা থা, তরেৎতা মপুং ফাব রোইরে। তাইবংনা খংনরিবা থা ৭, তা পোকপদি হীংই ঃ— থা ৮ দা পোকপদি শিএ, মসি করিগীনো হায়রবদি মপাদগী থিরবসু, মমাদগী থিরবসু থাশিংদা চং-শি থোকপননে টূলূম খাউ (scrotum) অসি কাখল অনি থোক্লা লৈ। মসিগী কাখল অসি তিখোঙদগী মখা-খরা হায়থরক্লগা ফেরে ফেরে হায়হুনা লৈ। পোৎ অমৎতদগী শরুক অনিথোক্লা লৈরিবসি থবক্ চপ্ মান্নবা ভৌমিন্নৈ। মসিগী মফমসিদা নাকল-নাকলদা টূলূম (মিহীংসং) (testes) অমা-মম্ লৈ। মসিগী টূলূম অসি নামনা তরুক-তরেৎলকী চাংচৎতা রোন্দুনা লৈ। অহুগা নামনা অমুক শিল্লি। হায়রিবা টূলূম অনিমকসিদা (tow testes) †অংক্ (speratic cord) অসিবু মুংশাগী মঙান্দগী চিংশিনবা ওয়বগীদমক্তা টূলূম অনিনা নাকল-নাকলদা হাইহুনা অমদি খরো-খরো রোল্লিবনি। অসিগুম্বা টূলূম অসে মহাক্কী পাদম্ হায়রবদি চাউরাক্লা খুৎপী মরু অমরোমচপীনা, অমগা তথ্রায়রোম ফাউবা